# লোকচবী পালা

---

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

পাইরিক ফংকম

ষ্টুডেণ্টস ষ্টোর, ইম্ফাল।

মমল লুপা ২.০

# নিংশিংজবা

য়োকচবী পান্না হায়বা লীলাসি টোড্‌কী 'অ্যান্যাল্‌স এণ্ড অ্যানটিকুইটিজ ওফ রাজস্থান' হায়বা লাইরিক্তু য়েংলগা মপুং ওইনা শচীন্দ্রনাথ সেনগুপ্তনা 'ধাত্রী পান্না' হায়বা লাইরিক্কী মতৌ লৌহুনা মৈতৈ লৈঝগী চুননবা শেমজবনি। অহুনা হায়রিবা লেখক-শিং অসিগী মফমদা শিংথমত্রবা লম্হন তোজরি। অদুগা লাইরিকসি কোঙবা ওহ্নবা মনিপুর গভর্ণমেণ্টনা লুপা ৩০০৲ তেংবাং বিরবীদমকন্ন তৌবিমল থজবা উচ্চরি।

অইবা—

রূপমহল থিয়েটরনা অহানবা তাং ২৩/১০/৬১ ইংদা উৎখিবা

# লীলাদা কুম্মখিবা

| | | |
|---|---|---|
| বনবীর | ... | শ্রীধীরেন সিংহ |
| জগমল | ... | শ্রীলক্ষ্মন সিংহ |
| বিক্রমজিৎ | ... | শ্রীগোজেন্দ্র সিংহ |
| করমচাঁদ | ... | শ্রীচন্দ্রমনি শর্ম্মা |
| কর্নজি | ... | শ্রীতোম্বী শর্ম্মা |
| বীরমল্ল | ... | শ্রীমণিতোম্বা শর্ম্মা |
| রাঘব | ... | শ্রীবিরেন সিংহ |
| নবকিশ্বর | ... | শ্রীমাহারাৎ সিংহ |
| পরভু | ... | ৺শ্রীগুনেন্দ্র সিংহ |
| যোধমল | ... | শ্রীমাহারাৎ সিংহ |
| বারি | ... | শ্রীহরিদাস সিংহ |
| লাম্মী অনি | ... | রাঃ কুঃ বিজয়মা ১মুং শরৎ শর্ম্মা |
| পান্না | ... | কুমারী য়াইমবী |
| শীতলসেনী | ... | বিনোদকুমারী |
| চম্পা | ... | কুমারী মেধা |
| উদয় (মচা) | ... | বেবী মেমতোন |
| কনক | ... | বেবী সোভা |
| উদয় (অচৌবা) | ... | কুমারী কদম্বীনী |

# য়োকচবী পান্না

---

## অহানবা অঙ্ক

### ১বা উৎপা

[ চিতোরগী চিদাইদা লৈবা বনবীরগী য়ুম। অঙাংবা মুংগী দোলাল, মচুগা শম্মনা মুংগী চেকপল। য়ুমগী নাকল ওইনা উজাও হৌই, মখোংদা লুপাক অচোবা মচা কয়া তাদুনা লৈ। × × × × × মেবারগী সর্দার কাংবু অমা "বনবীর, বনবীর" হায়না কৌর-কৌরদুনা চংলকই। ]

সর্দারশিং—বনবীর! বনবীর!

কর্ণজি—বনবীর লৈব্রা?

( পোঙ হাংদোকদুনা শীতলসেনী থোরকই )

শীতলসেনী—এঃ করিমাসিদে! মেবারগী ইকাইখুম্নফম ওইরবা সর্দার ময়াম!

কর্ণজি—নচা বনবীরকদাইদা লৈ শীতলসেনী?

শীতল—বনবীরদি রসিগুম্বা তাঙাদা য়ুমদা থক লৈতে। বন্দা শা তানবা কোক্কৈং চত্তুনা লৈ।

কর্ণজি—ঐখোই মেবারগী য়াম্না কান্নবা অমগীদমক মহাক উনবা লাক্রিবনি!

শীতল—অসুক কুইবসি ময়াম্মহা করিসু কান্নবা মীশক অমনি হায়না ছন্দোকপিরবা বনবীরবু, ঙসিদি মেবারগী কান্নবা ওইরবা!

করমচাঁদ—য়াম্না অরুবা কান্নবনি শীতলসেণী! মহাবীর পৃথিরাজনা পোকপা মচাগী মক্ষমদদি মেবারগী হক্ লৈ।

শীতল—মহু বনবীরগী মমানসু য়াদবা তৌদে সর্দার অথৌবা!

করমচাঁদ—বনবীরনসু য়াদবা তৌরোই।

শীতল—অহুবু রানা বিক্রমজিৎনদি য়ারক্কত্রা?

কর্ণজি—মানা য়াবা য়াদবগী রাফম করিসু লৈতে।

শীতল—অসুক কুইবসিদি লৈরম্লি। অসুক কুইবসিদি—মেবারগী গুণ চেল্লবা সর্দারশিংনা মাগী চুমদবা রায়েল, ওৎ-নৈবা পুম্বা তুমিন্না য়াবিরক্লি। মাগী মতিক নত্তনা হাপ্পা মঙানবু ময়াম্না নোংমদোন পকহনবিরি।

বীরমল্ল—মহুগী মতিক চাবা মহেসু ঙসি কংলে শীতলসেণী!

শীতল—মহে কংবিরবা?

কর্ণজি—কংলে শীতলসেণী! তাবদা নহাক ঙক্কনি, ঙসি রানা বিক্রমজিৎনা ঐখোইগী লেমজকম ওইরবা সর্দার করমচাঁদবু সভা ময়ামগী মমাংমক্তদা............( মথা তাথবা ঙমদবা)

করমচাঁদ—ঐনা ইকাইবা নংখিবগী রাহু চন্দাবৎ সর্দারনা হায়দোকপা ঙমদ্রে। অহনা ঐ ইশামক্কা হায়দোক্কে—ঙসি সভা ময়ামগী মমাংমক্তদা রানা বিক্রমজিৎনা ঐবু কুপ্পে শীতলসেণী।

বীরমল্ল—অসিগুম্বা ইকাইবসি ঐখোই অমুক খাঙত্নুনা লৈবা ঙম্নরোই।

শীতল—অদুবু বিক্রমজিৎকী মপা ইবুংঙো রানা সঙ্গনা অরাবা তারবা মতমদা, সর্দ্দার করমচাঁদনা কনবিখি হায়না তায়।

কর্ণজি—কনবিখ্রিবনি। অদুদগী নত্তনা গুর্জ্জরগী সুলতান বাহাদুর শাহনা চিতোর থুগাইদুনা বিক্রমজিৎ অসিবু সিংহাসনদগী তাম্থোকপা মতমদসু, সর্দ্দার করমচাঁদনা মথরাই থুবাক্তা হাপ্তুনা মাবু সিংহাসন অমুক কংনবা তেংবাংবিখ্রিবনি।

বীরমল্ল হায়ু শীতলসেণী, মসিদবু ঐখোই খাঙত্নুনা অসুম্বক লৈকম থোক্লিব্রা ?

শীতল—ঐদি খাঙলক্লি সর্দ্দাব অখোবা। ঐ অসিবু মহাবীর পৃথিরাজগী লুহোংদুনা লোবী গুপী নত্তে হায়দুনা, ইকাইবা চোঙ্গা হায়বসি করিনতা থঙলরোই খনব্রা ? ঐগী ইচা বনবীরগী মশাদা শিশোদীয় শাগেগী ঈ চেন্না চেন্না, শোক্ল-শম্নবা য়াদবা মীগুম পুন্সি লেনখসিবু লেমজক্লি হায়না লৌরমগনি খনব্রা ?

কর্ণজি—হৌজিক্তি নংগী বনবীরবু থ্বাইদগী হেনবা ইকাইখুম্নবদু পিরগে লাক্লবনি।

বীরমল্ল—ঐখোই মঙোন্দা মেবারগী সিংহ'সন পিরগদবনি।

শীতল—মেবারগী সিংহাসন !

বীরমল্ল—উম, মেবারগী সিংহাসন

শীতল—মহাবীর পৃথিরাজনা হন্না হন্না কল্লক্লব, অদুগা মাগীদি ওইবা কংখিদ্রবা মেবারগী সিংহাসন অদুবো !

কর্ণজি—মানি, সিংহাসন অহুমক্তি। ঐখোইনা অহুগুম্বা সিংহাসন অহুদা বনবীরবু ফমহনগনি।

করমচাঁদ—ঐখোই পুন্নমক রাশকরবনি।

[ তাঞ্জাসিদা বনবীরনা লেংবান্দা শজি অশিবা অমা পুরহুনা তা অমা পায়রগা উ মরুমদগী থোক্লকই ]

বনবীর—নত্তে নত্তে, ময়াম্মক রাশকপিগনু। ঐগী ইমাবু ময়াম্না শক মুন্না খঙবিদ্রি। মাবু রাশকথ্রাদি খজিক্তং কায়রকপদা ময়াম্বু মানা করিমতা ঙাকপিরোই। ঐগী ইমাদি হুংশিবদি খঙই, ঙাকপিবদি খঙদে।

কর্ণজি—বনবীর! ঐখোই নংগা উনবা লাক্লিবনি।

বনবীর—ঐগা! করিগীনো চন্দাবৎ সর্দ্দার?

কর্ণজি—অরুবা খবক অমগী।

বনবীর—অহুদি ময়াম্মকপু সেবা তৌবা তাইদনা।

( লেংবান্দগী শজি লংথরম্মগা তা অহুদা শৌহুনা চেকপল রাংম' লান্না চোংশিল্লকই )

অহুবু ময়ামগী ফমফমসিদি—ফমফমসিদি—( কোইয়েং য়েংবা ) এঃ হুংশিংসি হেক্তা চিংশিল্লক্লগে।

কর্ণজি—ঐখোই নংবু সিংহাসন্দা ফমহল্লিন্নথে ফম্বা-লাকপা তৌখিরোই বনবীর।

বনবীর—করি হায়বা! সিংহাসন্দা! করম্বা সিংহাসন!

করমচাঁদ—মেবারগী সিংহাসন।

বনবীর—মেবারগী সিংহাসন! ঐনা তৌখিবসি মঙ-হাদি নত্তেকো!

করমচাঁদ—ঐখোই রাশকহুনা লেপ্তুনা লাক্লবনি।

বনবীর—ঙসি ফাওবা রাজসভা নিংখিনা উবা ফংদ্রিবা, বন্দা কোয়চং চত্তুনা শা তানবতনা মথৌ ওইরবা, বনবীরবু-নিকো হায়রিবসে!

কর্ণজি—অতুগুম্বা বনবীর অতুনা মেবারগী য়েক্লবা মাঙহন্ননবগী দমক, মথুত্তা থাংশাং পান্নরতুনা শগোলথক্তা ঐখোই ময়াম্বু লমজিংগনবনি। অতুগা মেবারগী ফীরাল পায়বা ঐখোইনা মাগী য়াথংপুম্বা ইকোক থোংনা ইনগনি।

বনবীর—ইমা, হায়রিবা রাফমসিবু অচুম্বনি হায়না লৌরগদ্রা?

বীরমল্ল - মহাবীর পৃথিরাজগী মচাগী মফমদা ঐখোই কৈদৌনুংদসু মীনম্বা ঙাংফম থোক্তে।

বনবীর—অতুদি ময়াম্মক্তা য়াবিরে, ঐ অসি মহাবীর পৃথিরাজগী তশেংবা ঈ অমা ওইনা, মেবারগী মফমদা ফংফম থোকপা হক্ ঐগী লৈ হায়বসে।

করমচাঁদ—লৈ হায়তুনবু ঐখোই নংগী নুফমদা লাক্লিবনি।

বনবীর—ইমা! নংসু তারে, ঙসি ময়াম্মকসিনা য়াবিরে, ঐ অসি ঐগী পুজা তৌজফম ওইরবা ইপা ইবুঙো মহাবীর পৃথিরাজগী ইকাইখুম্নবতু ফংফম থোকই হায়না। অতুদি নংগী অমুক রারুফম হুংঙাইতফম লৈত্রেদনা ইমা।

শীতল—লৈত্রে ইমাগী ইবুংঙো! ঐগী গর্ভদা চংতুনা পোক্লুই হাববগীদমক নংগী নরাইবক্তা য়েক্লম্বা কলঙ্ক অতু, ঙসি মেবারগী অথোইবা সর্দ্দারশিংনা রাজতিলোক্তা মুথংপিরগে হায়রবদা ঐগী হুংঙাইতফম করি অমুক লৈখিগদগে?

বনবীর—রাজতিলোক! ঐগী ইরাইবক্তা রাজতিলোক! পক্তি পকচগদ্রা ইমা?

শীতল— মতু অমুক্না হেন্না লংখৎনবা হোৎনগদবনি নংনা ইমাগী ইবুংঙো।

বনবীর— অতুবু রানা বিক্রমজিৎপু করিগুম্বা তীর্থদা লেং-লাক্-দৌরিব্রা ?

বীরমল্ল—ঐখোইনা মাবু সিংহাসন্দগী থাংথরগদবনি।

বনবীর—রানা বিক্রমজিৎপু সিংহাসন্দগী থাংথবা! নত্তে নত্তে, তশেংনা তাকপিয়ু, ময়াম্না পাম্বিরিবসি করিনো ?

কর্ণজি—তশেংবমক্কি বনবীর, ঐখোই নংবু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপা পাম্লে।

বনবীর—রাজবলি অমা চংবা তারত্তুনা পঙলবা অসিবু বলি কৎপিরগে অসিরা ?

শীতল— চিত্তোরগী লাইরেম্বীনা বলি ওইনা লৌশিনবিগ্রবা মীশক্তুদি, অমর ওইহৌরবনি ইমাগী ইবুংঙো।

বনবীর—অতুনা অতুগুম্বা অমর অতু ওইননবগী দমক ইঙকসি তিংথোকপা তারিবা! ফরে ইমা, নহাক্না পাম্বিরবনিনা ময়ামসিগী নিংবা থুংহনজরগে। অথোবা সর্দ্দার পুম্নমক! সিংহাসন লৌজরগে ঐহাক। অতুবু—ময়াম্না অমুক লৈনুংদগী সুক্রুং হুৎকৎপিরক্তুনা সিংহাসন্দু নিঙথাইহনবদদি তৌবিগনু।

কর্ণজি—ঐখোই নংগী য়াইফনবা, হিরম থুদিংদা নতেং পাংগে রাশক্লবনি।

বনবীর—হুংঙাইজরে, ওম্বোক্না হুংঙাইজরে। অতুদি ময়াম্বক ঐনা বার্ত্তোন কচ্চরবনি, ঙসি ঐগীসিদা লুক্লচিংবা হাবিতুনা ঐবু ইরাইবক ক্ববা ওইহনবিয়ু। (সর্দ্দারশিং তুমিন তুমিন্না লৈখিবা)

করিনো ! ময়াম্বক মাইথোং খংলাং-লাংশিনবিগ্রবদে ! ঐখোইনা লাংজবসি জুগোৎ চারোই অসিরা ? মতুগীদি খক খনবিরুহু। উবিরেদনা, চাওরবা শক্তি অমা ফাহুনা পুজরক্লে। অতুগী মথক্তা অহাও-অথুমগী জাৎতি ইমাগী পুকৈদা চিংমুক ৱাংনা পৈরিবনি। য়েংবিয় হোরেল হাবিমন-থিহুনা পুক্না শিৎ-শিত্তুনা যুম য়ৌবিগনি। লেংশিল্লসি—।

( সর্দারশিং অমগা অমগা য়েংনরকপা। )

কর্ণজি—ঙসিদি বনবীর, নংগীসিদা ঐখোই ফমদোক্লবা মতম অমুক লৈত্রে।

বনবীর—করিগীনো কর্ণজি ?

কর্ণজি—নঙোন্দা সিংহাসন পিননবা কোইচৎ চত্তুনা নোম্মুবা তারি।

বনবীর—ওঃ অতুরা !

করমচাঁদ—য়েক্লবা মাইকৈস্থু পঙশোন-শোনবা নত্তে।

বনবীর—ঐগী য়েক্লবা ! কনা য়েক্লবা !

বীরমল্ল—বিক্রমজিৎপু য়াবা মী মখৈ নংগী য়েক্লবনি।

বনবীর—অতুনা ময়াম্বক্লা ঐগীদমক মতু মাঙহনবিনি অসিরা ?

কর্ণজি—নংগীতা নত্তে, ঐখোইগীস্থু য়েক্লবনি।

বনবীর—অতুবু মসিমদি ময়াম্না খক কাওবিহু- মেবারগী সিংহাসন্দি —ময়ামগী নত্তে, ঐগীনি।

করমচাঁদ—মানি, মেবারগী সিংহাসন—ঙসিদগী নংগীনি। নহাক শেম্-শাহুনা লৈরো বনবীর। শীল-লাংবা হেক লোইবগা ঐখোই নংবু অভিষেক তৌরগদবনি। নচাবু শেম-শাহুনা

থম্মু শীতলসেগী। লেংলসি মেবারগী অথোইবা সর্দ্দার পুম্নমক! ( ময়াম্মক চৎকে তৌরকপা )

বনবীর—অত্থমকপু ঙসি ঐনা কচ্চবা বার্ত্তোন ময়াম্ন লৌবিখিদ্রে হায়বসিমদি খক কাওজখ্ররোই।

( সর্দ্দারশিং তিংঙক-মাইঙক্না য়েংলম্নগা চৎখি )

হাঃ হাঃ হাঃ! বনবীরবু ময়ামসিনা ফনা নিংথিনা হুংশি-বোইরে! সিংহাসনদি পিনিংই, অদুবু ইমুংসিদা বার্ত্তোন লৌ হায়বদি য়াদে।

শীতল—মত্থগী মরম হায়ববু, লাইবকথিবী অসিগী গর্ভদা চংথুনা পোক্লুই অসিতনি।

বনবীর—অত্থবু ইমা, ঐহাক নঙোন্দা তশেংনা খঙহল্লিবসিনি—, মখোইগী নাপল অসি ঐহাক নমথুনা য়ৈংক্কনি। রানা বনবীরনা চাখিবগী লুখাক্তু থৌজানগী মশক ওইনা ফংন-নবগী দমক, মখোই মশেল অমগা অমগা থাং শৎনহন্নগনি।

শীতল—বনবীর!

বনবীর—করিনো ইমা?

শীতল—নহাক থাঙ্গশেংনমক মখোইসিনা নংবু হুংশিদুনা সিংহা-সন্দা ফমহন্নিংলিবনি খনব্রা?

বনবীর—বনবীর অদুক হাক্না পঙবা মী নত্তে হায়বসি, অতৈনা খঙবিদ্রবসু নংদি খংবিরিবনি ইমা।

শীতল—অত্থদি করিগী দমক মখোইনা নংবু সিংহাসন্দা ফমহন্নিং-লিবনো?

বনবীর—তিংখং অমনা তিংখং অমা হন্দোক্নবগী দমক—।

শীতল—হন্দোক্লরিবা তিংখং অহু মথৌ লোইরবা তুংদা……।

বনবীর—অশিংবা মীশিংনা তিংখং অহুবুসু য়াম্না থাপ্না লংথোক্লখি,
—নত্রা ইমা ?

শীতল—অহু ওইরবদি— ?

বনবীর—অহু ওইরবদি করম্বা নয়াথং তাকপিয়ু ইমা ? সিংহাসন
অসি পামদ্রে হায়রগদ্রা ?

শীতল—পামদবা ! নংবু পোকপা নপা ইবুংঙোনা মথরাই থুবাক্তা
হাপ্তুনা কয়ারক হন্না য়েক্লবশিংগী মথুত্তগী কল্লক্লবা সিংহাসন
অসিবো !

বনবীর—অহুবু ইপাদি মচা অহল হায়বহু নত্তে।

শীতল—অহুদি সিংহাসন কংফম থোকপা মচা-অহল য়ানা সঙ্গদি
মতমগুদা কদাইদা লৈরুই ? করিগীদমক্তা নপা ইবুংঙোনা
হন্না হন্না সিংহাসন কনবদা তাখি ?

বনবীর—অহুমকপু ইমা, ইপাদি মচা অহল ওইদবননি।

শীতল—নত্তে, মহু নত্তে। চুমদবা বিচারননি। অসিগুম্বা নপা
ইবুংঙোগী মফমদা চৎখিবা চুমদবা বিচার অসিবু নংনা
লম্মন থুম্বা ঙম্লবা,—মহাক্না নংবু শোইদনমক পেনবিগনি।

বনবীর—মহাক্না পেনবিগদবা !

শীতল—পেনবিগনি ইমাগী ইবুংঙো, নংনা করিগুম্বা মেবারগী
ইকাই-খুন্নবসি হেনগৎহনবা ঙম্লবদি—।

বনবীর—মেবারগী ইকাই-খুন্নবগী তুমিত্তি তাত্রি—।

শীতল—অহুবু মোগলগী থোজাল-নোংনা লংলবা মঙালহু কুপ-
শিনগ্রে।

বনবীর—ইমা !

শীতল—থংউ বনবীর ! মোগলগী হুমায়ুন্না খৌজানবিত্থনা মেবারদা পিনরিবা স্বাধীনতা অসিদি, ইকাই-খুম্নফম থোকপা স্বাধীনতা নত্তে। অতৈগী দানগী মশক ওইনা স্বাধীন ফংবা জাতিত্থদি, মতমচুপ্পদা মীখা পোন্নবগী য়োৎহ্লিং থাংনবা শেম শাত্থনন্তা লৈবনি। য়েংউ বিক্রমজিৎকী মতৌ—, কয়াদা তু-শোন্না পানথ্রবা ! ইরাই লাইনা সর্দ্দারশিংনা মাবু সিংহাসন্দগী থাংথনবা য়াখল ফাওবা তৌবা ঙম্লি।

বনবীর—ইমা, নংনা হায়বিনিংলিবসি করিনো ? তশেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু। বনবীরদি কৈদৌন্থুংদা নয়াথং হিক্তোক্লক্তি, হৌজিকস্থ হিক্তোকচরোই।

শীতল—থংউ ইবুংঙো, জাতি অমনা তৌবগুম মীওইবা হায়বসিস্থ, অতোপ্পগী দান লৌত্থনা চাওথৎপা খক ঙম্লোই। অত্থনা সর্দ্দারশিংগী দান ঙাইবগী মহুত্তা, নপাঙ্গলনা সিংহাসন মুল্লু।

বনবীর—ইশাগী ইপাঙ্গলদি লৈ, অত্থবু খোংমী-লাম্মীদি·········

শীতল—সিংহাসন কল্লিবসি মী অমখক্তনি। মহাক্তু মপাঙ্গলস্থ শোল্লি, মথৌনাস্থ লৈতে, কিস্থ কিগল্লি। সর্দ্দার অয়াম্বনা মাবু পান্নদ্রে। অত্থম্বা মীশক্তুবু সিংহাসন্দগী অমদি ত্তেংবান-সিদগী তাম্থোকখিনবা বনবীরগী মশাদা মপাঙ্গল খক পক্তুবরা ?—পাঙ্গল শোনবা কিগনবা মীগী নত্তে মেবারগী সিংহাসন্দি। অশোনবা মীগী দাবী অসি মুকথেক্তুনা নথৌনা উত্তুনা, মেবারগী সর্দ্দারশিং অসিগী মাংদা চোংথোক্তুনা

লেপ্প—মহুদা নংনা উগনি, সর্দ্দার পুম্নমক দান তৌবগী নাপলনা মঙক হ্যাইগৎপগী মহুত্তা, মকোক নোম্না লৈপাক শোক্লা নংবু ইরাৎকনি। মতম অহুতদা ইমাগী ইবুঙো, নহাক শোইদনা ওইগনি তশেংবা রানা।

বনবীর—তশেংবা রানা!

শীতল—মানি, তশেংবা রানা, শাশিন্নবা নত্তবা।

বনবীর—অহুদি ইমা, ঐহাক শোইদনা ওইগনি তশেংবা রানা। থৌজাল নিহুনা, দান ঙাইহুনা, ঐ কনাগীসু শান্নপোৎ ওইরোই। তাবিয়ু ইপা ইবুংঙো স্বর্গদা,—নংবু লৌনম তৌহুনা ফংকম থোকপা অধিকার মাঙহনখিবা পুকচেল ফত্রবশিং অহুবু, অরাংবা থাক্তগী মশম লাক্তুনা চিংথরগা, নঙোন্দা লৌনম শাজৎ চৎখিবত্তগী মতিক চাবা লম্বন নচানা খুমজগে। অহুগা ইমা! অপোকপী! নংবু নপুন্সি চুপ্পা ইকাইবা পিবা, হুংশিবা কদাইনো মশক খঙদবা, পুকচেল পিক্লবা-শাগুম্নবা মীশকশিং অহুবু,—খোঙপাকসিনা তিল-কাঙগুম নোইহৎলগা তাইবংসিদা নচা ওইনা পোকচবগী ইথৌ পাংথোকচবা ওইজগে, পিনবিয়ু আশীর্ব্বাদ।

( খুকম্বা )

---

## ২বা উৎপা

### কোম্লুংগী কা অচৌবা।

[ নিংথিজরবা টেবিল অমগী মথক্তা মী-কৌনবা শেম্লুং থিল্লি ]
( হৌনা নোক্লহুনা বিক্রমজিৎ চংলকই, মতুংদা জগমল ইল্লরকই। )

বিক্রমজিৎ—হাঃ হাঃ হাঃ। বনবীর! বনবীরদা মথোইনা সিংহাসন পিগদৌরিবা!

জগমল—মতুম্না তারকই প্রভু।

বিক্রম—পৃথিরাজগী অরোনবী-মুশীনা পোকপা বনবীরতুবো?

জগমল—মানি, বনবীর অতুমক্কি প্রভু।

বিক্রম—মানবু লৈপাক ঙাকপগী মরম করি খঙগদৌরিবনো! মাদি উমং-উমং কোয়না চত্তুনা শা তানবতুনি হৈরিবা।

জগমল—হিরমতুদা মহাক অসুক্কী মতিক হৈনখ্রে প্রভু, ঙক্কা লেংবানগা তোঙান তোঙান্না তাহনবসিদি মিকুপ্স ফাহৌদে।

বিক্রম—হা—মতুংরা?

জগমল—মানি প্রভু থাঙ্গৈহেক শেংবমক্কি।

বিক্রম—অতুদি য়ান্না শাথীথ্রবা মীনিনা মাদে।

জগমল—অতুনা মী অয়াম্বনা মাবু কিনৈ।

বিক্রম—করিস্তু ঙক্কিংঙাই লৈতে, মমাগী মচানিদনা!

জগমল—মানি প্রভু, মমা শীতলসেণীসু ফনা নিংথিনা থৌনা ফৈ।

বিক্রম—থৌনা ফৈ! থৌনা ফবীতু এনা কয়ামুক শাথীনা লাক্লখিবগে হায়বদি নং খঙলব্রা?

জগমল—এঃ ইমাইপেম্মা! লাক্লবিখিবা!

বিক্রম—করিগী লাক্লরোই। ওক্তবীনি হায়তুনা চিতোরদগী

তাম্থোক্লুরবনি। বনবীরগী মথুৎ পায়হনা লৈবাক মীয়াম মমাংদা মমাই ঈচপমুক ঙাংনা চৎহনগ্রবনি।

জগমল—অহুদগীদি প্রভু?

বিক্রম—অহুদগীদি করম তৌনি! চংজকম লৈতে, চানিংঙাই লৈতে। ঐনা তাববু চীংগী লোক্লুংদা উহৈ রাহৈ চাহনা হিংই হায়।

জগমল—অহুদি মতৌ করম্না চিতোরদা অমুক হল্লক্লিবা?

বিক্রম—থৌজানবিবদগী। ঐনা থৌজানবিবদগী। সর্দ্দারশিংনা সহরগী চিদাইদা পৃথিরাজগী য়ুম মচা অমা লৈবহ পিথোক-পিথ্রো হায়রে। অহুনা পিবিগ্রিবনি। নত্রবদি বনবীর অসি নহান্না, লিন্না চিক্তুনরা কৈনা চাহুনরা মথরাই লান-থ্রগনবনি।

জগমল—অহুদি থৌদোক অসি মখোই কাওরমগনি নিংদে।

বিক্রম—ঐদি মপোকসিমগী শুক্লাও কাওদনবা শীনগে তৌরম্বনি।

জগমল—মখোইনা মহুগী লম্মন খুমগে খল্লম্নবদি?

বিক্রম—লম্মন খুম্বা! করম্না ঙমগদৌরিবা?

জগমল—সর্দ্দারপুম্বা মাগী মীচংদা লেপথ্রে।

বিক্রম—অহুবু ঐগীদি মীচং লৈত্রবরা?

জগমল—মেবারগী রানাশিংদি থাইনদগী সর্দ্দারশিংগী মপান্না পাল্লকপনি।

বিক্রম—অহুবু ঐদি হুমায়ুনগী মপান তাংলি।

জগমল—হুমায়ুন!

বিক্রম—হোয় হোয়, হুমায়ুন, বাদশা হুমায়ুন। মেবারবু মানা

অমুকসু কনবিখি, হন্দকসু শোইদনা কনবিগনি। নং থাজদ্রা? ঙাইখো অতুদি খঙহনগে। (শেম্বুং য়ৈবা)

(প্রতিহারী চংলকপা)

বিক্রম—যোধমল—(প্রতিহারী চংখিবা) নহাক ঐবু তুমিন্না লৈথোক্লমগনি খনব্রা? ঐনা মহুংদা শীল্লিবসিদি, জগমল, মেবারগী অথোবা সর্দ্দারপুম্বা তিন্থোকতৌনা মপুক্কা শিংল-শিংলতুনা ঐঙোন্দা ঙাকপিনবা চংলক্কদবনি। মখোই কাপখ্রে ঐসি রানা সঙ্গী মচানি হায়বা!

(যোধমল চংলকপা)

ল্যাও যোধমল! হুমায়ুনগী মনাক্তা মী থাগ্রেদনা?

যোধমল—থাদ্রি প্রভু।

বিক্রম—থাদ্রিবা!

যোধমল—থাদ্রি ঐজ্ঞা।

বিক্রম—করিগীনো?

যোধমল—শগোল তোংবা লাম্মীপুম্বা রানাগী য়াথং ঙাকউ য়াদ্রে।

বিক্রম—অসুক নাপল তৌগ্রবা!

জগমল—সর্দ্দারশিংনা মখোইবু রানাগী মথক্তা শাওনবা ইনশিনখ্রে।

যোধমল—মখোইনা হায়.......

বিক্রম—মখোইনা করি হায়বা ঐ তানিংদে। ঐনা খঙনিংবদি—

মখোইনা করি তৌরিবা তৌদবা মতুনি।

যোধমল—মখোই কনামতা চংলরোই।

বিক্রম—লানবলদগী মখোই পুন্নমক তাম্থোকখ্রো।

যোধমল—মখোইদি হান্না থাদোক্তুনা চংখ্রে।

জগমল—করি রানো অহুদে!

বিক্রম—কদাইদা চৎগ্রবা?

যোধমল—বনবীরবু মখোইনা লুচিংবনি য়াশ্রে।

বিক্রম—বনবীরনা মখোইগী মশিবোং থাকপিগদ্রা?

যোধমল—সর্দ্দার করমচাঁদগা কর্ণজিগনা মহুগী দমক দায়ী লৌশ্রে।

জগমল—ঐনা হায়খিবহুনি, সর্দ্দারশিংগী মতেং য়াওদনদি মেবারগী রানাশিংদি শোল্লি।

বিক্রম—শোনবা! শোনবা কনবগী খুদমদি, নহাল সভা মমাংদা করমচাঁদবু ফুহুনা তাকখিবহুনি। কনানা থিংবা ঙমখি?

জগমল—মহুবু অফবনি খনবিব্রা?

বিক্রম—পুম্ফ-ফবা হায়বহু থোকখিদ্রে। মঙক্তু তুবৎ ককথৎ-লম্নবদি অফবা-পুমওই ওইরমগদবনি।

জগমল—সর্দ্দারপুম্বা লাল হৌশ্রে। বনবীরনা লশ্মন খুম্নবা লাংতকশ্রে। হুমায়ুনগী মনাক তান্না পাও থানবস্ু উপায় লৈত্রে। হৌজিক প্রভূনা করম্না থরাই-কনগনি—অসিনি ঐনা খল্লিবা।

বিক্রম—খল্লগা মহুবু পুখোকপা ঙম্নবদি নং রানা অহুম্মক ওইরেদনা।

যোধমল—ঐঙোন্দা তাকপিগদবা অতৈ য়াথং করি লৈরিবগে?

বিক্রম—য়াথং ঙাকপিনবা মী লৈত্রবা লমদা য়াথংগী মমল লৈতে। চৎলো, ঐনা হায়গদবা করিস্ু লৈত্রে, খঙনংবস্ু লৈত্রে।

(যোধমল চৎখিবা)

সর্দ্দারশিংনা লাল হৌরক্কনি, বনবীরনা সিংহাসন মুল্লগনি,

অত্তুগা ঐনা, রানা সঙ্গী মচা ঐনা, খোঙ-খুৎ পুনশিন্নুনা অসুম্মক তুমিন্না লৈরগদবা!

( অমুক শেম্নুং য়ৈ, প্রতিহারী চংলকই )

ঐগী খুৎসু-খুৎলাই, থাং, তা।

( প্রতিহারী খুরুম্নগা থোকখি )

জগমল - প্রভূবু হৌজিক সর্দ্দারশিং উনবা লেংবিগদৌরিব্রা ?

বিক্রম—চংলবদি কমদৌই ?

জগমল—অত্তু ওইরবদি খুৎসু-খুৎলাই য়াওবিখিনু।

বিক্রম—য়াদা নাপি-চিক্তুনা খুরুম খুরুমত্তুনা চংলু হায়রিব্রা ?

জগমল—মত্তু নচ্চদে ঐনা হায়জবদি—।

বিক্রম—মত্তু নত্তে, অত্তুবু হায়দি হায়নিংই নত্রা ?

( প্রতিহারীনা খুৎসু-খুৎলাই পুত্তুনা চংলক্লগা শেম্নুং থম্লিবা মফমদা থম্বা, অত্তুগা থোকখিবা )

লাও জগমল! ময়ামসি ঐঙোন্দা য়ানশিন খোৎচিল্লো।

( চম্পাবাই চংলকপা )

চম্পা—বাবা !

বিক্রম—লাও চম্পা, খুৎসু-খুৎলাইশিংসি ঐঙোন্দা খরা য়ানশিল-খোৎচিল্লো।

চম্পা— করিগীনো বাবা ?

বিক্রম - করিগীনো হায়বদি করিনো ? রাজপুত নিংঙোলশিংদি থাইনদগী চৎনবী ওইনা নিপাদা খুৎসু-খুৎলাই য়ানশিনবিরক্লিবনি। অত্তুগবু নংনা অমুক হংলিবদি করিগীনো ?

চম্পা—নহাক অহিংসিদা লাল চৎকদৌরিব্রা ?

বিক্রম—লালদা নত্তে, লালগীদমক শেম-শাবদনি।

চম্পা—কনাগা লাল শোক্লগদৌরিব্বা ?

বিক্রম - সর্দ্দারশিংগা। ( নোক্লতুনা ) খঙলব্রা চম্পা, সর্দ্দারপুম্বা লাল হৌরক্লে। মথোইনা ঐবু সিংহাসনদগী তাম্থোক্লগা বনবীরবু ফমহনগনি হায়রি।

চম্পা - বনবীরবু !

বিক্রম - হোয়, হোয়, পৃথ্বিরাজনা মীনাই-তুশীদা লাম্নতুনা পোক-পোকপদো ! কৈদৌরে নমাই থকমক-মকশিনথ্রবদে ?

চম্পা - মেবারগী সর্দ্দারশিংনা বনবীরগী মীচং চংগদৌরিবা ?

বিক্রম—চংজসন্নুনা কৈদৌনি।

চম্পা —নত্তে বাবা, মসি তরাই তরাইনা খন্দোকপা য়াবা রাফম নত্তে

বিক্রম —ঐদি হৌজিকসু নোক্লি, শিরমদাই ফাওবসু নোক্লগদবনি, মতু নং খঙউ

চম্পা— বনবীরনা সর্দ্দারশিংগী মতেং ফংথ্রবদি—।

বিক্রম — ফংথ্রগ কৈদৌনি হায়বগে ?

চম্পা — মাবু মাইথিবা পিবা শুকঙম ঙম্নরোই।

জগমল ঐসু মতুনি হায়গে তৌরম্মিবা।

বিক্রম —নং তুমিন-লৈয়ু. অশিংবা অমুক শারক্কনু। চম্পা, ঐ হৌজিক করি তৌগদৌরি নহাক খঙলব্রা ?

চম্পা — করি তৌগদৌরিবা বাবা ?

বিক্রম - ঐহাক বাদশা হুমায়ুনগী মতেং লৌগনি।

চম্পা—বাদশা হুমায়ুনগী !

বিক্রম—নং খঙদ্রিবরা ? মাদি ঐগী ইমানা রাখী পুনবিথ্রবা ইয়াম্বনি। বাহাদুর শাবু মেবারদগী তাম্থোক্নুনা ঐঙোন্দা

সিংহাসন পিথ্রিবনি। মাপী মনাক্তা চৎকে হায়দ্বনা খোঁৱাংসি তৌরিবনি।

চম্পা—মহাক্তি কদাইদা লৈ?

বিক্রম—দিল্লীদা।

চম্পা—নহাক দিল্লী তান্না চৎকদৌরিবা!

বিক্রম—চৎত্রবদি মহাক করম্না পাওসি-তাগনি? শগোল তোংবা লান্মী অমতস্তু চৎলু য়াদ্রে, ময়াম্মক সর্দ্দারশিংগী লৌতুনবদা য়াওখ্রে।

চম্পা—অতুনা নহাক নশামক দিল্লীদা চৎকদৌরিবা?

বিক্রম—ঐগী য়াথং ঙাকপিনবা চিতোরদা শগোল তোংবা মী অমতস্তু ফংলরোই। চত্তবদি য়াদে। ঐহাক শোনবস্তু নত্তে, শগোল তোংবা হৈতবস্তু নত্তে।

চম্পা—বাবা!

বিক্রম—করিনো ইবেম্মা?

চম্পা—হুমায়ুন বাদশাগী মনাক্তা ঐ চৎকে।

বিক্রম—নংনা করম্না চৎকদৌরিবা!

চম্পা—নংগী য়াথং ঙাকপিনবা অতৈ কনামুক লৈত্রবস্তু নচা তুপীদি লৈরি। নহাক চিঠি ইবা লোইখোক্লো, ঐহাক হৌজিকমক শেম-শাত্নুনা লাক্লগে। ( চৎকে তৌবা )

বিক্রম—বাদশাগী মনাক্তা নংবু চৎপদা তারবরা ইবেম্মা?

( চম্পানা অমুক হঞ্জিল্লক্লগা )

চম্পা—বাবা, ঐসি নংগী নচাতুপী নৎলমদত্নুনা নচানিপা ওই-রম্লবদি?

বিক্রম—হুপী ওইরক্লবনিনা হুপীগী ইকাইথুম্নবদি ঙাকপা তাইদনা। নংনবু দিল্লী তান্না করম্না চৎপা ঙমগদগে ইবেম্মা ?

চম্পা—দিল্লীদি খোইনা পংলাপ লাপ্লমু নত্তে বাবা। নংগী অরাবা কোক্কনি হায়রবদি দিল্লীদি হম্মু থমখো, নরক্তা ফাওবা চৎপা ঙমগনি।

(হায়রম্মগা ফীংনা চৎখিবা)

জগমল—হুপীমচাসিনা নিপাদং ওইরম্লবদি—।

বিক্রম—মহাক রানা ওইবা ফংলোই। মরৈবাক্তগী শোইদনা তাম্নোকখিগনি।

(অরাংদা নিল-খোংলকপা)

জগমল—প্রভূ !

বিক্রম—অমুক থেংনবা অহিংদা নিল-খোংলিবসি করিগীনো ?

জগমল—য়েংজরুর প্রভূ ?

বিক্রম—চেম্নিংলক্লবরা নহাকপে ?

জগমল—নিল-খোংবসি অমুম অমুম নকশিল্লক্লে।

বিক্রম—রাজপুত সর্দ্দারশিংদি মখোইগী রানাবু থক হাৎতে।

জগমল—বনবীরদি সর্দ্দার নত্তে।

বিক্রম—বনবীর হায়বত্ কয়ামুক মখোনা লৈবা মীনো হায়বা খঙনবা তাঞ্জা অমুক্তং ফংলবদি—(ফীংনা বনবীর চংলকপা

বনবীর—ফংগনি, তাঞ্জাতুমক ঐহাক নঙোন্দা পিন্নিংই।

বিক্রম—কনা ! বনবীর !

বনবীর—মানি বনবীরনি, নংগী যম।

বিক্রম—ঐগী যম ! ওক্তবী মচানা ঐগী যম !

বনবীর—বিক্রমজিৎ !—

[ হায়না হায়না ছুড়ি শত্তুনা হোৎচিনবা, বিক্রমজিৎনা থাং লাম্লগা ঙাক্কে ভোৎনবা, নংহৌদবা, বনবীরনা মঙকশম পায়হনা ছুড়িনা থিনবা, মতুগা লোইন-লোইননা হায়রকপা ]

বনবীর —শিদ্রিঙৈগী মমাংদা খঙজখো, হৌজিক্তগী মেবারগী সিংহাসন ঐগী ওইরবনি।

বিক্রম—( তুরোই ঙাম্লোই তৌনা ) নংগী নত্তে রানা সঙ্গী মচা অতোম্বা—উদয়সিংহগীনি। ( তুথখিবা, শিবা )

বনবীর—উদয়সিংহগী ! উদয়সিংহগী !

( লোৎলুবদগী জগমল চেম্থোরক্তুনা )

জগমল—মানি রানা উদয়সিংহগী। মহাক হৌজিক ফাওবা হিংলি।

বনবীর —রানা উদয়সিংহ !

জগমল—রানা সঙ্গী মচা অতোম্বা রানা বিক্রমজিৎকী মনাও, পিক্লিবা অঙাং উদয়সিংহ।

বনবীর---পিক্লিবা অঙাং উদয়সিংহ !

জগমল—য়োকচবী পান্নাগী তম্বাক্তা য়াহিপ্লিবা।

বনবীর—পিক্লিবা অঙাং উদয়সিংহ !

জগমল—নৌরিবা অঙাংনি, তীন-কাঙ হাৎপগুম ইরাই লাইনা মেৎথত্তুনা হাৎপা য়াই।

বনবীর—অদুবু অঙাং পিশক্তুবু করম্না— ?

জগমল—লীল মচাসু হু অদুম্মক মচেল্লি বনবীর !

বনবীর—নহাক কনানো ?

জগমল—ইমিং জগমল কৌই। রানাগী কম্নাইবনি ; রানা পুম্নমক্কী, সিংহাসন্দা হেক কাবা রানা খুদিংমক্কী।

বনবীর—নংনা হায়রিববু, সিংহাসন কংকম থোকপসি হৌজিক উদয়সিংহনি অসিরা ?

জগমল—মানি—উদয়সিংহনি, থোং-নৌরিবা, পান্নাগী মতম্বাক্তা য়াত্তারিবা।

বনবীর—উদয়সিংহ! উদয়সিংহ হিংলিমখৈ সিংহাসন ঐগী ওই-রোই, অসিরা নংনা হায়রিবা ?

[ লালগী ফীজোন শেংপী চম্পানা লাও-লাওদুনা চংডকই······ ]

চম্পা—ঐ হিংলিমখৈগ্নি ওইবা য়ারোই মীহাংপা!

বনবীর—চম্পা!

চম্পা—মানি মীহাংপা, ঐ চম্পানি,—মেবার রানাগী মচানুপী।

বনবীর—নংগী নপা ইবুঙোদি······।

চম্পা—খঙই, নংনা মাবু হাংথ্রে।

বনবীর—মাইয়োক্নবা শান্দা মথল্লাই থাখিবনি।

চম্পা—অদুনবু নং উদ্রা, ইমিংসিদা পিগী ইরা মরিক অমা ফাওবা পক্তিবসে।

বনবীর—ঐ নংগী রাখল তৌরুত্রে চম্পা।

চম্পা—কৈফিয়ত পিবগী কান্নদে।

বনবীর—হৌজিক্তি নপা-ইবুঙোগী সংস্কার নিংথিনা তৌনবা থৌরাং তৌরে।

চম্পা—ইপাগী সংস্কার! ইপাগী সংস্কার করিনা তৌগনি খঙব্রা ?

বনবীর—করিনা ?

চম্পা—নংগী ঈনা তর্পণ কৎলবা মতমদা।

বনবীর—ঐহাক্তি হৌজিক ইশা ঈখক্তা শিজনিংবদি লৈত্রি।

চম্পা—অহুদি মীহাৎপা—

(হায়না হায়না থাংশাংনা য়াম্বুরকই, বনবীরনা চুম্না ঙাক্পদমক ঙাকই, খুৎহনবদি তৌদে, মহু উবদা চম্পানা খোইশাগুনরক্তুনা……)

চম্পা—নহাক ঐগা লাম্থেংনররোইদ্রা ?

বনবীর—ঐহাক নংগী থাংয়ানশিং ইকোক নোম্না য়াগে হায়না হৌজিকসু ঙাইরি, য়াম্লু।

(চম্পানা মিকুপ খরদং বনবীরদা থানা-শংত্রিক-মুন্না য়েংলম্লগা মখুত্তগী থাংশাং থাপ্না লংথোকতুনা বিক্রমজিৎপু কোম্লগা কপ্লকই………।)

চম্পা—বাবা! বাবা! মঙক হাইগৎলবা, হুংশি-হৈত্রবা, আত্মতায়ী অসিবু ঐনা করম্না শাস্তি পিগদগে, করম্না লম্মন খুমগাদগে বাবা! বাবা!—

---

### ৩ শুবা উৎপা

উদয়সিংহগী তুম্ফম কা।

(উদয়সিংহনা চয়ুবা ফীজেৎ শেত্তুনা, কনক্লা নিংথৌ মচাগী ফীজেৎ শেত্তুনা, শাম্নতুনা লৈ। পান্নানা ফমুং ময়াদা অবাবা বাখলগা লোইননা লেপ্লি। তাঙ্গাসিদা বারি চংলকই]

বারি—পান্না! পান্না!

(পান্না ফিংনা মমাই লৈথোরকই, বারিগী মনাক্তা চংলকই)

কুমার উদয়সিংহবুসু বনবীরনা করিগুম্বা—বিক্রমজিৎকী মতোগুম্না—।

পান্না—বারি!

বারি—করিগুম্বা বনবীরনা—মহুম্না তৌরক্লবদি পান্না ?

পান্না—সিংহাসনদা মিহৌবা পোক্লবা মীতুদি, ঙমদবা অমুক লৈত্তে।
বারি—রানা সঙ্গগী শাগে মরু-ফংনা মাঙখিবদা তারবরা পান্না ?
পান্না—রানা সঙ্গবু নহাক কাওত্রিবরা ?
বারি—লাইহুবু ঐদি শুমিৎ থুদিংগী খুরুমজরি।
পান্না—থাঙ্জেশেংনা নহাক মাবু লাইমক্লি খনত্রা ?
বারি—খন্দ্রবদি অসুক অহল ওইর-ফাওবা মাগী মচাবু করিগী সেবা তৌরুনি ?
পান্না—রানা সঙ্গগী মচানিপাবু কন্নবা হোৎনবদা নথরাইহু থাবা ঙমগত্রা ?
বারি—করিগী ঙম্মোই !
পান্না—অহু ওইরবদি উদয়বু কন্নবা হোৎনরো।
বারি—থরাই থাবদি লায়, অহুবু মত্তৌ-করম্না উদয়বু কনবা ঙমগদগে উপায়হু হায়য়ু।

( তফিং তফিং কোটচং চৎপা )

উদয়—নং কিরবরা ইমা-মপী !

( পান্নানা চেনশিন্দুনা উদয়বু কোল্লগা............ )

পান্না—উদয় ! ঐগী উদয় !
কনক—য়েংউ ইমা, কুমারনা ঙসিদি ঐগোন্দা মাগী ফীজোনপুম্না শেৎচিনবিরে।
উদয়—ঙসিদি কনক্না রানানি, অহুগা ঐনা নংগী কনক্লি।
পান্না—( বাখল অমা খঙলাক লাক্লুনা ঙক্লা ) কনক্না ঙসি রানা ! কনক্না উদয় ! অহুগা—উদয়না কনক !
কনক—নত্তে ইমা, নংনা হুংঙাইত্রবদি ঐ উদয় ওইবা পামদে।

পান্না—অহুবু ইমাগী ইবুঙো, উদয়নদি মহু পাম্নি।

উদয়—মসি ঐখোইগী হুংঙাইরবা মশান্ননি, নত্রা ইম-মপী!

পান্না—মানি ইবুঙো, পুন্সিগী য়ান্না ঙক্লবা মশান্ননি।

(বারিগী মনাক্তা কীংনা চংশিল্লগা) বারি!—

ঐহাক উপায় অমা ফংলে বারি!

বারি—করি উপায় ফংলে হায়ু পান্না!

পান্না—হায়গে বারি। ঙক্লবা উপায়নি……মসি……

বারি—পান্না, মতম লৈত্রে, তৌগদবা থবক অমা থুনা পাং-থোক্লবা তৌ—।

পান্না—পাংথোক্লগনি, অমুক পম্বররোই। অহুবু অমুক্তংদদি—

(চেনশিন্দুনা কনকপু কোল্লগা) কনক! ইমাগী ইবুঙো!—

(উদয়সিংহনা চেনশিন্দুনা কনক্তা পান্নাগগী মফক-থৎপা)

উদয়—নংগী নচাদি ঙসি ঐনি; কনকতি রানানি।

কনক—হায়রিবসি নং পাম্বা ইমা?

পান্না—পাম্মি ইবুঙো, ইমাসু মহু পাম্মি। বারি! নং মশব থঙলিব্রা, কনানা রানা সঙ্গী মচা ইবুঙোনো, অহুগা কনান ঐগী ইচানো?

বারি—নিংথৌ মচাগী ফীজোন শেৎলিবা অঙাংস্থ নিংথৌগী মচা নত্তে।

পান্না—অহুদি নহাক নিংথৌগী মচাবু অমুক্তসু মশক উথিত্রি।

কনক—ঐহাক রানানি।

বারি—নহাক রানা!

উদয়—কয়াদা হুংঙাইরবা মশান্ননো ইমা-মপী।

পান্না—শান্নবদি হৌজিক কাওবা হৌত্রি ইবুঙো !

উদয়—মসিদগী হেন্না মুংঙাইবসু লৈরিব্রা ?

পান্না—লৈরি, মসিদগী হেন্না মুংঙাইরবা মশান্নসু লৈরি।

কনক—করি অমুক মুংঙাইগদবা লৈরি ইমা ?

পান্না—নংগী লৈজবপুম্বা থাদোক্লগা উরকনি ইবুঙো।

উদয়—নং কল্লিবরা ইমা-মপা ?

পান্না—মশান্নসি য়েংবা মীশিংদি কপকদবনি।

উদয়—করিগীনো ?

পান্না—নত্রবদি শান্নবতু মুংঙাইবা পোক্তে। বারি !

বারি—করিনো পান্না ?

পান্না—থংনবা কাসিদা য়েন্দাই অচৌবা অমা লৈবনি পুরকউ।

( বারি ঙক্না থংনবা কাদা চৎখিবা )

উদয়—য়েন্দাইতুদি ঐগী উহৈ হাপ্তুনা থিল্লকপনি।

পান্না—উহৈপুম্বা ঐনা শংদোক্লে ইবুঙো।

উদয়—করিসু য়াওদবা য়েন্দাইতুনা কৈদৌনদৌরিবা ?

পান্না—শান্নগদৌরিবনি।

কনক—অতুদি য়ান্না মুংঙাইরগনি নত্রা কুমার ?

উদয়—ঐবু কনক কৌ ভাই।

কনক—ওঃ চুম্মি চুম্মি। ঐ কাওরুরে, ঐ উদয়নি, নং কনক্নি।

পান্না—শান্নবদা ওইরিবা উদয়, ঐঙোনলোমদা নতুং ওম্মোক্তুনা লেপ্লু।

( কনক্না তুং ওম্মোক্তুনা লেপ্লে। পান্নানা উদয়বু খরা থাল্লথ পুথোরক্লে, অতুগা লোল্লপ্পা……… )

শান্নবদা ওইরিবা কনক! বারিনা পুরকদৌরিবা য়েন্দাই মহুংত্থদা নং চংহুনা লোৎকদবনি।

উদয়—য়ান্না হুংঙাইদৌরিপোৎনিনা অহুদে!

পান্না—উম্ হুংঙাইগদৌরিবনি।

উদয়—অহুগা নংনা কপ্লিবদি করিগীনে?

পান্না—ঐনা হায়খিবহুনি, কপত্রবদি শান্নবসি হুংঙাইবা য়োদে।

উদয় (পান্নাগী ওক্তা কোল্লগা) নংবু কপহন্দুনা ঐ শান্নবদা হুংঙাইবা পামদে ইমা-মপী।

( বারিনা য়েন্দাই পুহুনা চংলকপা )

পান্না—ইবুঙো, লাকও নংবু লোৎলগে।

( য়েন্দাই মহুংদা পমখৎত্তুনা ফমহল্লে )

তুমিন্না অহুম্মক ফমগদবনি। ঐ নত্তনা মী অতৈ কনাগুম্বনা কৌরকপদা সুকথুম-থুম্মকপা য়াদে। ( য়েন্দাই মথুম থুমজিল্লে ) বারি! অমুক থিহ্নরগনু, লৈকোল মহুং ফাওহুনা চংখ্রো। বেরিশ তুরেল লাম্খোক্লগা, চীংগুংগী তম্পাক্তা লৈরিবা শুক্রবা উহুংহুদা, ঐবু ঙাইহুনা লৈরম্মু।

বারি—নং মহু তান্না লাকপা ওমত্রবদি?

পান্না—ঐবু থিংলগদবসিবু কনানো?

বারি—কুমারবু ফংদহুনা বনবীরনা নংবু বন্দী থমগ্রবদি—?

পান্না—নং চংলো বারি। বনবীরনা কুমারগী মকম হাংনা থক উরোই, চিংনবা পোক্লবা মতমসু ফংলোই। কাওগনু বারি, নংগী য়েন্দাই মহুংহুদা লৈরবনি মেবারগী মমল নাইত্রবা রত্ন।

( বান্নিবু থোঙগী মপাল থোকহনখিবা, অদুগা চৎখিবা মাইকৈদা মপি তন্নং-তন্নং চেন্না মুন্না য়েংদুনা লৈবা )

কনক—ওনশিল্লক্লোরা ইমা ?

পান্না—( মমাই থংলৈ লৈশিল্লক্লুনা ) লাও ইবুঙো, ইমাগী তম্বাক্তা লাও, ইমাগী তম্পাক্তা—( মচাগী নাক্তা চেনশিল্লি, কনকসু মমা তন্না চেনশিল্লকই )

কনক—কুমারদি কদাইদা লৈব্রে ইমা ?

পান্না—নংনিদনা ঐগী কুমারদি। ঐগী থন্নাইবু হেল্লবা পুন্সিগী অন্নি নহাক্তি।

কনক—ইমা, ঐ ঙসি অহিংসিগী রানা ওইরবরা ?

পান্না—মেবারগী সিংহাসন কন্নবগী দমক মথন্নাই থানখিবা, মেবারগী মপুকচেল চাওরবা রানা পুন্নমক্লা, ঙসিদি নংবু আশীর্বাদ তৌবিরগনি ইমাগী ইবুঙো।

কনক—অদুদি নং অমুক রাবা লৈররোইদনা ইমা ?

পান্না—ঐগী অরাবপুম্বা নংবু ইচা ওইনা কংজবগী চাওথোকচবনা লৈরাংগুন্না শাকাইরগনি —অহিং অসি য়াম্না থেঙলে, ইবুঙো লাকও, ফম্‌দা ইমা শুম্বিরগে।

কনক—কুমারগী ফমুংদা !

পান্না—ফমুংসি ঙসিদি নংগীনি।

কনক—উদয়দি কদাইদা চৎখ্রে ?

পান্না—নংনিনে ঐগী উদয়। মেবারগী শুক্লা মন্নবা মরক্তা নশা কৎথোক্লবা পুকচেল চাওরবা নৌনা হন্দোরকপা কোরৌ মঙাল।

( হায়না ২ মতম্বাক্তা পমখত্তুনা উদয়গী ফমুংদা হিপথহনবা )

কনক—ঐহাক রানা ওইরগা অকিবা পোক্লিবসি করিগীনো ইমা ?

পান্না—করিগী কিরিবা ইবুঙো ?

কনক—ঐহাক অমম্বা মরকসিদা হিংচাবা অমা লাকত্রা হায়না কি।

পান্না—হিংচাবদি শোইদনা লাকদোরিবনি ইবুঙো।

কনক—অত্তুদি ঐ করম তৌগনি ?

পান্না—ঐহাক রানা উদয়সিংহনি হেক্তা হায়মু, হিংচাবত্তু কিত্তুনা মরাইমা চেঞ্জখিগনি।

কনক—হিংচাবশিংদি রানাবু কিব্রা ?

পান্না—মশাগী ওইজবা থাদোকপা রানাগুদি ভগবান একলিঙ্গনা হেক হেক মতেং পাংবি। হিংচাবা মীহাৎপা কনানমু মাবু মাঙহনবা ঙমদে। ( তাঞ্জাসিদা থোঙদা কন্না থীল্লকপা )

কনক—কৈনো অসে ইমা ?

পান্না—হিংচাবা লাকপা ওইরম্বা য়াই ইবুঙো, কাওগত্তুকো নং রানানি হায়বা।

কনক—কাওরোই ইমা; মশাগী ওইজব থাদোকপা রানাতুদি ভগবান একলিঙ্গনা মতেং পাংবি নত্রা ইমা ?

পান্না—মানি ইবুঙো, ফমুংদা হিপ্পা হিপ্পা মাবু চেৎনা নিংশিংউ।

( পান্নানা মচা ফৈজুপ শুপচিনবি, তাঞ্জাসিদা থোঙ কাওথেক্তুনা বনবীর মথুৎতা ছুড়ি অমা পায়রত্তুনা চংলকই )

বনবীর—কদায় ? কদায় উদয় ?

পান্না—কনানো নং ?

বনবীর—নং খঙত্রা ঐহাক বনবীরনি !

পান্না—নংদি খঙত্রা মসি রানাগী তুম্ফম কানি হায়বা !

বনবীর—কনা রানা ?

পান্না—বিক্রমজিৎনা থুপগ্রবদি উদয়সিংহনি মেবারগী রানা।

বনবীর—নত্তে, উদয়সিংহ নত্তে। ঙসিদগী মেবারগী রানা ঐনি, বনবীরনি।

পান্না—নং! মেবারগী রানা ঙসিদগী নং!

বনবীর—মানি য়োকচবী, ঐনি ঙসিদগী মেবারগী রানা!

পান্না—(খানা য়েংলগা) অতুদি ঐগী রা মথা তাফম লৈত্রে। ননাই হুপ্পীনা খুরুমজরি রানা!

বনবীর—নহাক্না ইহান হান্না ঐবু রানানি হায়না খুরুম্লে। মতুগী দমক ঐনা নংবু মনা চাওনা পিগনি।

পান্না—ঐহাক মনা পামজদে, থৌজাল পামজ্জে।

বনবীর—করি থৌজাল ?

পান্না—থৌজানবিরনা কা অসিদগী হৌজিকমক লেংথোকপিত্রো।

বনবীর—করিগী ?

পান্না—ঐগী উদয়দি খজিক্তং নিনখোংবদা তুম্বা হেক্তা কায়।

বনবীর—অদুনা নং পোথাবা ইফং ফংদ্রে নত্রা—হাঃ হাঃ হাঃ—হৌজিক্তি নং অমুক অরাবা ফংলরোই। ঐহাক উদয়না মপোকসিমগী অমুক মিকপ থোক্তনবা থৌরাং তৌগে লাক্লবনি। কদায় ? কদায়দা লৈ উদয়সিংহ ?

(ফীংনা কনক্না তুম্বদগী হোগত্তুনা মমুংদা ফম্লগা লাওরকই……)

কনক ঐহাক্কি রানা উদয়সিংহ।

পান্না—(কীংনা চেনশিন্দুনা) নত্তে, নত্তে।—মাবু হিংহনবিয় বনবীর! মাবু হিংহনবিয়!

বনবীর—য়ানা সঙ্গী ইরোই-লোইবা হিংলিবা মচানিপাখো !

পান্না—য়ান্না পিক্লিবা অঙাংনি বনবীর !

কনক—ঐ কন্নিমত্তা ৰিদে ইমা । ঐ খঙই, ভগবান একলিঙ্গনা শোইদনা ঐবু তেংবাংবিগনি ।

বনবীর—মাবু খাদোকউ পান্না ।

পান্না—খাদোকপা ! নত্তে নত্তে, ঐ খাদোকপা ঙম্লোই, ঐ খাদোকপা ঙম্লোই । অঙাং পিশক অসিগী মথন্নাই লৌরগা নংগী করি কান্নগদগে বনবীর ।

বনবীর—ঐগী সিংহাসনগী য়ৈখাই-থিনগাই লৈবোই ।

পান্না—নং খঙত্রা, সিংহাসন্দি কৈদৌঙ্গুংদা য়ৈখাই-থিনগাইবগী অরাৎপা নাইদে ।

বনবীর—অদুম ওইনমক মরু ওইনা রানা সঙ্গী মচা মশুদি কনামত্তা লৈবরোই ।

পান্না—ঐ ৱাশক্লিবসিনি বনবীর, খুদক অসিমত্তদা ঐ মাবু পুন্থনা চিতোর খাদোক্তুনা চৎথ্রগে । বন্দা কোইচৎ চত্তুনা লৈরুরগে, অমুক হল্লকপা তৌরয়োই ।

বনবীর—ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ইমাস্থু ঐবু পুন্থনা চিতোর খাদোক্তুনা চৎপদা ঙাখি । ঐখোইগী চংজকমস্থু ওইখি চীংগী লোক, চিঙ্গাক্লা ওইখি বনগী উহৈ । চাওরক্লগা অদুবু ঐ চিতোরদা হল্লক্লে, মেবারগী সিংহাসন ফংনবা হোৎনররে । ঐখোইনা তৌরিবসি নখোইস্থু তৌরবা য়াই । অদুনা উদয়সিংহবু ঐ চিতোর খাদোক্তুনা কৈদৌঙ্গুংদা চৎহল্লোই ।

পান্না—অছু ওইরগনা নহাক উদয়সিংহবু কৈগুমশঙদা বন্দী তৌহনা থম্মু।

বনবীর—নহাকসি ওহোল্লা হৈ শিংই। অহুবু ঐ থঙই, ঙসি সর্দ্দারপুম্বনা বিক্রমজিৎপু তাথিহনা ঐবু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপা পাম্বগুম, নোংমা মখোইনা কৈগুমশঙ থুদেক্তুনা উদয়বু অমুক সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপা পাম্নকপা য়াই। ঐ অহুগুম্বা ওইরকপা য়াবা ফীভমম্মু শুকথম থমনিংদে।

পান্না—অহুবু নিংথৌগী ঈনা নংগী সিংহাসন্দু নিংথাইগনি বনবীর।

বনবীর—নিংথৌগী ঈনা সিংহাসনবু কৈদৌহুংদা নিংথাইহন্নদে। ঈগী পুথ্রিথক্তা থম্বালগুম-মকাকম্না শাকাইহনবতনি কদায়, কদায় পিরো অঙাংহু ঐঙোন্দা।

পান্না—মমাগী মতম্বাক্তগী মচাবু মুল্লগে থল্লব্রা নহাক?

বনবীর—নংদি মাগী মমা নত্তে।

পান্না—ঐবু মাগী মমা নত্তবা!

বনবীর—নত্তে, নংদি চুম্নগী য়োকচবীতনি।

পান্না—চুম্নগী য়োকচবী! অহুবু য়োকচবীসু থম্মোই লৈ, হুংশিবা থঙই। নত্তে, ঐহাক পিরোই, ঐহাক মাবু থাদোকপা ঙম্মোই।

বনবীর—হুপী হাৎপা হায়বসি ইমানা থিংই। নত্রবদি ঐহাক থুংলাই অমতনা, নংগা ভুক্তচরবা অঙাংহুনা থুদকসিদা থিলহত্তুনা হাৎলগদবনি।

পান্না—নংগী নমা! পৃথ্বিরাজগী ভয়োনবী হুপীদো! মানসু অমুক হুপীদা ইকাই থুম্নবা উৎপা শারি!

বনবীর—ইমাবু তাখি-তাওইনা ভাংবা মীহুদি, ইমাগী লাখং কনা লৈছনসু ঐ ভাকপিবা ভম্মোই। অহানবদা নংবু হাম্মোক্লগা—

( ছুড়ি পান্নাগী চেমখিনবা )

পান্না—নত্তে, নত্তে, হাৎকহু ঐবু হাৎকহু—

( কীংনা থাপ্পপ চেম্মোকপা )

বনবীর—হাঃ হাঃ হাঃ নংগী মমা ওইবীগী হুংশিবহুনা অভাং কন্ননবা য়োনা ইচং থোৱদি ভমত্রেদনা পান্না! নংমক্লা পোকপা নচা ওইরম্নবদি অতম্মা হন্দোক্তুনা চংপা ভমগত্রা নহাক?

পান্না—ভগবান একলিঙ্গনদি খঙবিরিনি, করিগীদমক ঐনা ভসি থরাই থাবা পামত্রিবনো হায়রবসি। ভগবাম! ভগবান! কনাগুম্বী মমা অমতনা কৈদোহুংদা পাংথোকপা ভম্মরোইদবা থবক্তু ভসি নংনা ঐভোন্দা পাংথোক্লবা শীনবিরি। নংনা নিংবহু থুংলসন্নু ভগবান! নংনা নিংবহু থুংলসন্নু!

( মথুৎ অনিনা মমাই খুমজিনবা )

বনবীর—( ফমুং নাক্তা চংশিন-চংশিল্লা ) য়ামা সঙ্গগী ইতোন-তোনবা মচা! মেবার সিংহাসনগী অরোইবা কংকম থোকপা! ভহাক্তুংগী রানা উদয়সিংহ! অভাং ওইরবসু, পাম্বৈ লৈতবা ওইরবসু নংবু ঐহাক তেংবানসিদা অমুক থম্বদি ভৌগ্নরোই। হাঃ হাঃ হাঃ –( নোকপগা লোইননা কনক্তী মথবাক্তা ছুড়িনা থিনবা, ভাঙ্গাহুদা কনক্না কল্লা "ই—মা" হায়না লাওরকপা, পান্নাসু "ওঃ!" হায়বা বারবা খোল্লাওগা লোইননা বাহুথিবা )

## ৪শুবা উৎপা

### হান্নগী বনবীরগী লৈকোলহুংগী য়ুম।

[ সর্দ্দারশিং শাওনা বনবীরবু কৌহুনা চংলকপা )

সর্দ্দারশিং—বনবীর! বনবীর! বনবীর

( থোঙ হাংদোক্তুনা শীতলসেণী থোক্লকপা )

কর্ণজি—নচা কদাইদা লৈ শীতলসেণী?

শীতল—হয়েং নোং হেক ঙানবগা অভিষেক তৌরগদবনি, মহুগী দমক বনবীর শীল্-লাংলি।

করমচাঁদ—অভিষেক তৌররোই।

শীতল—তৌররোই হায়বা!

বীরমল্ল—তৌররোই, তৌররোই।

শীতল—করিগীনো?

কর্ণজি—নিংথৌগী ঈনা মথুৎ মকহল্লবা মীতদি সিংহাসন্দা ফম্বদা মতিক চাদে।

শীতল—মেবারগী করম্বা মতিক মগুণ চাওরবা রানানা, নিংথৌগী ঈনা মথুৎ মকহন্দনা, সিংহাসন্দা ফম্বগী খুদোং চাবা ফংগ্রবগে?

বীরমল্ল—ঐথোই নংগা মরৈ য়েৎনবা লাকপা নত্তে, ঐথোইনা লাকপদি নচাগা উনবনি।

( ইমুংদগী বনবীর থোক্লকপা )

বনবীর—মচানিপাহু মেবারগী নোংশাশিংগী মাঙদা লেপ্লরে। মহাক্না ময়াম্মকপু খুরুমজরি।

কর্ণজি—বনবীর! ঐথোই নংগী নয়ালগী মরমদা য়া ঙাংনবা লাক্লিবনি।

বনবীর—ঐগী ইরাল !

বীরমল্ল—শাথীরবা নরালনি ।

বনবীর—হুমিদাংৱাই ময়াম্মক লেংবিরক্লম্বি ঐ অসি য়াম্না কান্নবা অমগী দমক ; অহিং অথেংবসিদা অমুক লেংবিরক্লে ইথক্তা ইরাল শী-নবা । মসিনা তাকপদি, লৈপাক্কী ফনবা হোৎনবদা ময়ামসি তূম্বা চাবা করিমতা চংবিদ্রে ।

করমচাঁদ—ফাগীগী রাফম নত্তে বনবীর ! থাঙ্গৈশেংনমক ঐথোইনা শীরিবা নরালসি হক্লবা নরালনি ।

বনবীর—নোঙ্গাথ্রবা বিক্রমজিৎকুম ঐদি সর্দার অথোইববু সভা মমাংদা ফুবমক্তি তৌদেনা !

কর্ণজি—নংগী নরালদি অতুদগীসু হেন্না হকই । নহাক্না মেবারগী রানাবু হাৎলে ।

বনবীর—মতু ঐ চেনবা তৌদে । মতুগী সাক্ষীনা ঐগী ঈ তৈরবা থুৎসিনি । ( মখুৎ অনি উৎপা )

বীরমল্ল—মতুগী দমক ঐথোই নংবু মতিক চাবা দণ্ডি পিগনি ।

বনবীর—মতুগী মমাংদা ময়াম অসিতুম হান্ননা দণ্ডি লৌবিখিবদা তারি । হয়েং ঐনা সিংহাসন্দা কাবগী অহানবা থুদকমক্তদা নিংথৌ শেম্বগী দমক ময়াম্সু বিচার তৌবদা তারি । নিংথৌ শেম্বগী দণ্ডিদি ময়ামসু খণ্ডবিরিবতুমণাই—থরাই লৌবা নত্রগা লৈপাক্তগী তাম্থোকপা । অহিং অসি লোইশিল্লক্কদবা পংকুই কুইদ্রে, ঐ ময়াম্সু মতম থরদংসি পিজরবনি । হৌজিক ময়াম্মক য়ুম য়ুমদা হনবিতুনা ইমুং মনুংগী হুপী অঙাংশিংদগী অয়োইবা বিদায় লৌতুনা শেম-শাতুনা লৈবিরুরো । ঐসু

ঙহাক পোথাজরুরগে। চংলসি ইমা।

( শীতল, বনবীর অনিমক চংগে তৌবা )

কর্ণজি—বনবীর! নং ঐখোইবু শোন্দা-শোল্লবনি হায়না খল্লব্রা ?

( বনবীর চপ লেপ্পি, মমাই লৈশিল্লকই, শীতলদি চংখ্রে )

বনবীর—অফোংবা রাজসভামক্তদা ফংখিবা ইকাইবত্থগী খুদক্তা লম্মন খুম্বদি ঙমত্রত্থনা, মেবারগী অথোইবা সর্দ্দারশিংনা সিংহাসনবু খুদোলপোৎ ওইনা পুরক্তুনা অকনবা অসিগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা মতমত্থদা, ময়াম পুন্নমকসিবু লিংজেল লৈতবা, অশোনবা, চুমদবা শাজৎ থিংবা ঙমদবা মীশক্লি হায়বসি প্রমান তৌবিখিত্রিবরা ?

বীরমল্ল— নঙোন্দা সিংহাসন পিনবা হোৎনরুবা ঐখোইসি অরানবনি।

বনবীর—য়াম্না শাথীনা অরানবনি। মরমদি, ঐদি ময়ামগী থৌজাল নিজবা মী নত্তে।

কর্ণজি—ঐখোইনা লানখিবত্থ হৌজিক ঐখোই চুমথোক্লবা হোৎনগনি।

করমচাঁদ—ঐখোই রানা সঙ্গী মচা-অতোম্বা উদয়সিংহবু সিংহাসন্দা ফমহনগনি।

বনবীর—তাবিয়ু মেবারগী ইকাই খুম্নফম ওইরবা সর্দ্দার পুন্নমক! অরোনবা রাজনিতী শান্নবা কাংবুনদি রাফমসি লোক্তুনা থমগনি। অত্থবু ঐহাক বনবীরনি. লৌথুপ-লোকোই পোকউঁদগী হৈনদে, ঐহাক কিথি-কিরুম তৌত্থনা লোম্না লৈবগী মহুত্তা ইচিনসিমক্না হায়রিবসিনি,—অঙাং উদয়সিংহ-বুস্থ ঐনা হাৎলে।

করমচাঁদ—নিংথৌ হাৎলবা! অঙাং হাৎলবা!

বনবীর—অঙাংদুগী ফংক্কম থোকপদু কাওথোকপিখিদুনা ময়াম্না ঐঙোন্দা সিংহাসন কৎনবা লাওবিগ্রবনি। খঙবিয়ু মেবারগী সর্দ্দার ময়াম্বক, সংগ্রামসিংহগী মচা অমতা হৌজিক লৈত্রে। মরম অদুনা মাগী হাৎলবা সিংহাসন অসি ফংক্কম থোকপা অচুম্বা মীশক্তি—ঐহাক্তি, রানা সঙ্গগী মনাওনা পোকপা বনবীর।

কর্ণজি—মীনাই মুপীনা পোকপনা!

বনবীর—মৌর্য্য চন্দ্রগুপ্তগী রা নিংশিংবিয়ু। মাগী পাক্লব সাম্রাজ্য, মপা লৈত্রবা মতিক মগুণ খক কাওবিগনু। ময়াম পুম্নমকসি কাওবিখিবা লৈত্রবদি—, খঙবিয়ু, ঐবু ফনা য়াম্না তোন্থনা ঙাংলবসু, ঐবু ফনা য়াম্না শাওগৎনবা হোৎনরবসু, ঐগী ফংক্কম থোকপা তানবদা কৈদৌনুংদসু নিঙন্নহনবদি ঙম্মোই।— হা: হাঃ হাঃ— সর্দ্দার বীরমল্ল! ময়ামগী তুংদা লৈশিল্লগা তেন কাপ্তুনা ঐবু হাৎনবা থৌরাংবিরি। অদুবু তুং হন্না অমুক্তা য়েংবিয়ু, নঙোন্দগী হেন্না কল্লবা মী অমনা তা চিঙদুনা ননমগন মপামক্তদা লৈরে।

[ বীরমল্লনা লৈ-দুনা য়েংবদা চাও-শাংলবা মী অমনা মনমগন্দা তা চিংদুনা লৈরম্বা উরে ]

হা: হা: হাঃ—সর্দ্দারপুম্বা! বীরমল্লগী শাজৎ অসিনা তাক্লে, ময়ামসি থৌনা ফবা হায়বদু পুম্মাঙ মাঙখিবদি নত্তে। তাকপিয়ু, ঐগা লাম্বা চোংথোক্তুনা থোনা অদুক উৎপিনিংবা কনা কনা য়াওবিরি,—করম্বা খুৎলাইনা চাংয়েংবিনিংই ?—

থাং—তা—চৈতুপ ? তাকপিয়ু, অপাম্বতা হায়বিয়ু।

( তাঞ্জাসিদা শীতলসেণীনা থাং, তা, তেন্নচিংবা পুথোরক্লুনা বনবীরগী নাক্তা লেপ্লবা )

বনবীর—উবিরেদনা অথৌবপুম্বা ! খুৎলাইনা লৈতেংলবী ঐগী ইমানা, লেংবিরক্লে খুৎলাই পিবিনবা মচান্দা।

শীতল—মেবারগী সর্দ্দার পুন্নমক ! ঐগী ইচাদি ময়ামগী থৌজাল নিতুনা সিংহাসন্দা ফম্বা পামদে ; অতুনা থৌরাং পুন্নমকসি লাঙলিবনি। ময়াম্মক হৌজিক নখোইগী রানাবু নকোক নোম্না ইকাই-খুন্নবা উৎলু।

বনবীর---খুৎলাই থাদোকপিয়ু সর্দ্দার ময়াম। ময়াম্মক্কা ঐবু নিংবিবগী খুদম উজবা ফংলবদি ঐ ইশামক্কা ময়ামদা খুৎলাই অমুক পিজগনি।

করমচাঁদ—বনবীর ! রানা বিক্রমজিৎনা ঐবু অফোংবা রাজসভাদা য়ৈখি। ইকাইখিবতু লম্মুন খুন্নবা হোৎনরকপদা, ঐখোই চপ মান্নবা ইকাইবা অমুক নংলে। অতুমকপু ঐহাক নংবু রানা হায়না ইকোক নোম্না য়ারবনি।

( খুৎলাই থম্মি, অতৈ সর্দ্দারশিংসু মাগী মতুংইন্না খুৎলাই থম্মি )

বনবীর—মুংঙাইজরে সর্দ্দার পুন্নমক ! ঙসাই মুংথিল ঐনা বার্ত্তোন কচৈচ ময়াম্মক ঐগী অতিথি ওইবিনবা। অতুবু ঐগী অভিষেক্কী শীল লাঙবদা থৌ য়াম্না চিনবিরি হায়তুনা ময়াম্মক্কা য়াবিখিভ্রে। হৌজিক্তি ঐগী অভিষেক্কী দমক ময়াম্না অমুক লাঙবিফম লৈত্রে, মরমদি ঐগী ইমানা মতুগী ভার পুম্বা লৌবিখ্রে। ময়াম্মক হৌজিক য়াম্না চোকথবিরম্লগনি, ঐসু

হৌজিক ফাওবা করিমতা চাজদ্রি। চান-থক্লবা মরাঙ কায়না লাঙহুনা লৈরে। লেংশিল্লসি,—ময়াম্মক হামিন্নরুরসি।

( সর্দ্দার ময়াম লু লুকথখিবা )

শীতল—মীনাই হুপীগী মচানা তৌবা বার্ত্তোম্নি হায়হুনা, ময়াম্মক্লা, মেবারগী ইকাই থুম্নফম ওইরবা সর্দ্দারশিংনা হৌজিক য়াবিনিংদ্রি। অহুবু ঐগী ইমুংদা মীশক অমা লৈরি, মানা তৌবা বার্ত্তোন্দি ময়াম্না লৌবিদবা থক ঙম্মোই। ঐহাক মীহুখু ময়ামগী মাঙসিদা পুথোক্লকে।

( শীতলসেনী ইমুংদা চংখি )

কর্ণজি—ঐখোইবু অমুক্কা হেন্না ইকাইবা পিখিগে খল্লিব্রা বনবীর ?

বনবীর—য়ুম অসি ইমাগী য়ুম্নি চন্দাবৎ সর্দ্দার। মহাক্না শীল্লকপা থৌরমদা ঐনা য়েংলুনবা ঙাংলুনবা হক লৈতে।

( শীতলসেণীনা মাঙ থারহুনা, খুৎলাই পায়বা অনিগী মরক্তা চম্পা, মশম মনা ইফা ফানা থোক্লকই )

সর্দ্দারশিং—( ঙক্না ) চম্পাবাঈ !

চম্পা—ময়াম্না ঐবু শকতি খঙবিরিদনা।

কর্ণজি—রানা বিক্রমজিৎকী মচাহুপীনা মফমসিদা লৈরমগনি হায়বসিদি ঐখোই মঙদা ফাও মঙলুদে।

চম্পা—খঙবিরবরা সর্দ্দার ময়াম, করিগীদমক ঐহাক মফমসিদা লৈরম্লিবনো হায়বা ? ( হায়না হায়না ময়ামদা খানা য়েংলকপা ) ময়াম্মক তুমিন্না লৈবিরে। ঐ খঙই, রাহংসিগী পাওথুম কনামত্তনা পিবা ঙম্মোই। রানা বিক্রমজিৎকী মচাহুপীনি ঐ। অহুবু ঙসি কোম্নুংদা ঐগী লৈফম লৈতে, মেবারগী সর্দ্দারশিংগী য়ুমদা ঐগী চংজফম লৈতে, য়ুম পান্দ্রিবী ওইবনা

ইপুরোইবগী য়ুম হায়বস্তু অমুক লৈতে। (কপ্পা, পি তৈথোকপা) অদুবু খঙই, উখা লৈ, লোক্লুং লৈ, ভিক্ষা তৌনবা নগর খুঙ্গং রাক্তে ; অতৈমক লৈত্রবস্তু লেংদনা লৈ অশিবগী ইংলবা তম্পাক। অদুমকপু ঙসি ঐ, ইপা হাংপা মীগী ময়ুমদা লৈররে—মরমদি, চংজফম থিবগী ইনিং-ইখা-তম্বত্তু ঐগী লৈখিদবনা।

বনবীর—নংদি ঐখোইগী বন্দিনী নত্তে চম্পা!

( চম্পানা খানা বনবীরদা য়েংলকই )

চম্পা—ঐগী ইপা হাংপা মীসিনা ঐঙোন্দা হায়রি—ঐ অসি মাগী বন্দিনী নত্তে হায়না। মহাক্না ফোংদোক্লিংই—ঐহাক ইশানা পামজনা মফমসিদা লাকপনি হায়বসি। ময়াম্মক খঙবিয়ু, রাফমসি অচুম্বা নত্তে। ইশানা পান্না ইপা হাংপা মীগী ময়ুমদা ঐহাক লাকপা নত্তে। অদুবু ময়ামগী মাঙদা লেপ্পরিবসিদি ইশানা পান্না লাক্কুনা লেপ্পরিবনি।

করমচাঁদ—বনবীর! ঐখোইগী নিংথৌগী মচানুপীবু থাদোকউ।

কর্ণজি—ঐখোই ইনিংথৌগী মচানুপীবু য়ান্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা তরাম তরাম থমগনি।

চম্পা—ময়ামগী মফমদা চংজফম ফংবত্তু ঐগী য়ান্না ইকাই খুম্নবা অমা ওইজরমগদবনি করিগুম্বা ময়ান্না বিশ্বাসঘাট তৌবিরমদ্রবা, নিংথৌ শেম্বগী থবক্তা চংবিরমদ্রবা। অমুক্তা মুন্না থম্বত্তুনা য়েংবিয়ু, ঐগী ইপা হাংখিবগী দায়ী কনানো? লৈবিরিবা ময়ামসি নত্রা?

কর্ণজি—অতুক চাওবা পাপকী থবক তৌগে হায়বদি ঐখোই মঙ ফাওবা মঙলুদে।

চম্পা—বনবীরস্নু মঙলমদে। বনবীরদি শা-তানবা বন্দা কোইচৎ চত্তুনা অতুম্মক লৈজে; সিংহাসনগী রাখল শুকপোকস্নু পোক্লুদে। ময়ামসিনা মাবু অপাম্বা পোকহনবনি। বনবীরবু অপাম্বা পোকহনবনা ময়াম; অতুগা বনবীরগী থম্মোইদা হু হৈজিনবনা—লমচৎ চুমত্রবী তুক্কচরবী মুপী অসিনা।

( শীতলসেণীদা খুদোনবী থিনবা )

বনবীর—চম্প্রা !—

চম্পা—সমাজগী বিচারদা মুপীসি পুন্সিসিমগী শোক্ল-শম্নবা য়াত্রবীনি। অতুগা ময়ামস্নু, সর্দ্দারশিংস্নু, থাজবা মাঙহনবগী দমক ঙসিদি তুক্কচফম ওইবা মীশক ওইরবনি। অতুনা ওক্তবীগী য়ুমদা ওক্তবী মচানা তৌবা বার্তোন্দি তুক্কচফম ওইরবা ময়ামসিনা চোপ্লি থক খনফম থোক্তে। লেংশিল্লকউ, লাঙলিবা অচা-অথক হাবিরো। ঐ ইশামক্লা ময়ামগী সেবা তৌজগে।

( চম্পাগা শীতলসেণীগা খানা য়েংনৈ। বনবীরনা ফিংনা মমাগী মনাক্তা চংশিল্লকই…………… )

বনবীর—ইমা, চম্পাদি মপা কায়নবগী রারবীনি, অফ-ফত্ত থন্না রা ঙাংবা হৌজিক মহাক ঙম্ফম থোক্তে।

শীতল—ঐ খঙই বনবীর! রানাগী মজাইবেম্মা, লেংশিনখিবা য়ারগনি।

( চম্পা হেন্না খানা য়েংলম্নগা চংখিবা, খুৎলাই পায়বা অনিস্নু মতুং ইন্নখিবা )

শীতল—ইকাই খুম্নকম ওইরবা সর্দ্দার পুন্নমক, হৌজিক ময়ামগী রা অমা তাকপিরো। বনবীরদি হৌজিক ফাওবা করিমতা চাত্রি।

( অরাপ্পদগী জগমলনা "বনবীর" কৌর-কৌরদুনা চঙলকপা )

জগমল—বনবীর! বনবীর!

বনবীর—কনানো?

জগমল—ঐ জগমলনি বনবীর।

শীতল—রানা হায়ু।

জগমল—কৈদগী রানা!—এঃ সর্দ্দারশিংসু লৈবিরম্মি! ময়াম্না হোৎনরিবা পুম্বসি অরেম্বদা তারে।

বনবীর—করি হায়গে লাকইবনো নংবো?

জগমল—হায়গে লাকপা নত্তে, পাও তাকপা লাকপনি। উদয়-সিংহ হিংলি।

বনবীর—হিংলি হায়বা!

ময়াম—হিংলিবা!

জগমল—ধন্যনি পান্না! ধন্যনি পান্না! মশীং লাকওমদনা খুরুমজরি পান্নাবু।

শীতল—ঙাওশিন্নবা তৌদনা চুম্না হায়ু, করিনো নংনা হায়নিংঙিবা!

জগমল—করম্বা রাঙাংদা হান্নগদগে মক্ষম খঙদ্রে শীতলসেণী।

শীতল—অদু ওইরগনা তুমিন লৈয়ু।

জগমল—বনবীরনা হাৎলম্বা মীদুদি শাশিন্নবা উদয়সিংহনি।

শীতল—থাঙ্গেশেংবা উদয়সিংহদি?

জগমল—পান্নানা মাবুদি হান্নবা থৈদোকখ্রবনি।

বনবীর—শিরিবা অঙাংদুবু উদয়সিংহ নত্তবা?

জগমল—নত্তে নত্তে, শুকনৎ-নত্তে।

বনবীর—নং করন্না খঙই ?

জগমল—ঐ ইম্নিৎমক্না উরক্লবনি মোংফমগী শীংথক্তা হিপ্লিবা অঙাংত্থগী মশক্তু। মত্থ উদয়সিংহ নত্তে, পান্নাগী মচানিপা কনকনি।

বনবীর—পান্না! পান্না! পান্না! পান্নাবু ঐ হৌজিকমক পাম্মি। ( চেনগে তৌবা )

জগমল—তাখো বনবীর, তাখো। ( বনবীর মমাই লৈশিল্লকপা )

পান্নাবু কদাইদনো নংনা থিরুদৌরিবা ?

বনবীর—কোম্নুংদা।

জগমল—কোম্নুংদা মহাক অমুক হঞ্জিল্লক্তে। মচাবু উৎ ওলহন্দুন ইশিংদা লংথরম্মগা বনগী অমম্ব-মরক্তা মশা লোৎখ্রে মাগী খোঙথাং তানা তানা ঐ ফনা থাপ্না মতুং ইম্নরুরবনি, অত্থবু খোঙথাং মখোল ফাওবা অমুক তাবা ফংখিদ্রে

কর্ণজি—অশিবা অঙাংত্থ উদয়সিংহ ওইরবদি পান্না মথস্তন কৈদৌম্নুংদা অশিবত্থ পুত্থনা চৎলোইদবনি।

করমচাঁদ—অত্থদি রানা সঙ্গী মজাইবুঙো অতোম্বা উদয়সিংহ হিংলিবা !

ময়াম—জয় রানা............।

বনবীর—( কম্না খংলাও লাওরকপা ) সর্দ্দার পুন্নমক !

( সর্দ্দারশিং তুমিন্না লৈখিবা, মতৌত্থ উবদা বনবীরনা খোম্বা তপথনা হায়রকপা ) ও, ময়ামদা অকায়বা খোকহল্লুরে। লাও বিয়ু, ময়াম কায়দনা অত্থম্বক লাওবিয়ু।

ময়াম—জয় রানা বনবীরগী জয়!

বনবীর—ঐনা জয় ওইবদি শোইদবনি। সর্দ্দার পুন্নমক! মতুদা করিমতা চিংনবিরুগনু। উদয়সিংহনা করিগুম্বা হুন্দক শিবগী থায়াত্তগী নান্থোক্লম্লবস্তু, হয়েং হুমিৎ হেক তাবা ফাওবগী মতুংদা মহাক অমুক তাইবংসিদা লৈররোইদবনি। হৌজিকমক ঐগী লাম্মীশিংনা মাইকৈ শীন্না তান্নরগনি। উদয়সিংহনি হায়না হেক চিংনবা অঙাংমখৈ ফাহুনা পুরক্লগা ঐগী থাঙগী ময়াদা লংশিল্লরগদবনি। অতুগা করিগুম্বা তাঞ্জানা য়ারক্তুবদি ঐ ইশামক, অনিশুবা কংসগী মতৌগুম রাজস্থানগী অঙাংপুম্বা মরু ফংনা মাঙহনগনি। হায়বিয়ু সর্দ্দারপুম্বা, লাওবিয়ু ঐগী য়াইফনবগীদমক অমুকস্তু খোঞ্জেল লাওনা—জয় রানা বনবীরগী জয়।

ময়াম—( খোঞ্জেল শোস্থরপ তৌনা )

জয় রানা বনবীরগী জয়।

---

## ৫ শুবা উৎপা

### উমুং লম্বী

[ কোক্তা চফু অমা পুরহুনা পান্নানা তুং-মাং কোইরু কোইরু য়েংলহুনা চংলকই। অহুদগী লোল্লপ কৌরকই............ ]

পান্না—বারি !—বারি !—( ঙহাক লেপই, অহুগা...... )

বারি ! বারি !

( খঙহৌদনা মতুংলোমদা লান্মী অনি চংঙক্কুনা লেপ্পৈ )

১বা লান্মী—কনাবুনো কৌরিবদো নিংথিবী !

( পান্না পাখৎপগা লোইননা লৈ-হুনা য়েংঙকই )

২বা লান্মী—কৈদোরে, ইকাইরবরা ?

পান্না—নখোইবু করি লমগী লান্মীনো ?

১বা—চিতোরগীনি।

২বা—রানা বনবীরগী লান্মীনি ঐখোই।

পান্না—রানা বনবীরগী ! অহুদি খুরুমজরি।

১বা—করিগীনো নংনা নশাহু নিক্লিবা ?

পান্না—কিহুনা নিক্লিবনি।

২বা—ঐখোইবু উবদা নং কিরবা ! হাঃ হাঃ হাঃ—

পান্না—অকন-অথৌ উরগবু মুপী-নহানা কিজদবদে।

২বা—হাঃ হাঃ হাঃ—অহুবু নংদি কিক্কম লৈতে।

পান্না—লৈতেকো।

১বা—নহাকপু নচা-কা লৈজরা ?

পান্না—ইচা !—লৈতে।

২বা—তাও,—রানা বনবীরগী য়াথংনি,—অঙাং হেক উবদা

উদয়সিংহরা নত্রা হায়বা কুপ্পা থিজিনগদবনি, চিংনরগনা ফাত্থনা পুগদবনি।

পান্না—উদয়সিংহ! উদয়সিংহ হায়বদি কনানো?

১বা—রানা সঙ্গগী মচা।

পান্না—রানা সঙ্গগী মচাবু উমংদদি করম্না থেংনগদৌরিবা?

২বা—পান্নানা মাবু পুত্থনা চেনখ্রে।

পান্না—পান্না হায়বীত্থবু অঙাং হুরানবীরনে?

১বা—চরোদহাই মসিমা। নং করিমতা খঙদবা জাৎনি। পান্না হায়বীত্ উদয়সিংহগী মশীনে। উদয়সিংহবু রানা ওইহন্নবা থৌরাংলিবনে।

পান্না—এ: রানা বনবীর চং-চং হিংলিডৈদা!

২বা—খন্দুনা য়েংউদনা, মসিদবু বনবীরনা শাওরোইদবসি কৈদনো?

পান্না—শাওফম থোকই।

১বা—অত্থনবু রানা বনবীরনা হুকুম তৌরিবনি—অঙাং হেক থেংনবদা উদয়সিংহরা নত্রা মুন্না য়েংউ, চিংনরগনা ফাত্থনা পুরকউ, মত্থদা বের'-শিকা তৌরগনা কোক হাত্তোকউ।

পান্না—অত্থবু পান্নানা শেরান্নবা মাইকৈ অমরোমদা পুত্থনা চেনখ্রবদি—?

২বা—রাজস্থান শীন-থুংনা ঐখোইগুম্বা মপাঙ্গল কল্লবা মথৌনা ফরবা লাম্মী কয়া কয়ানা থীবা কোইচৎ চৎনখ্রবনি। কদাই-দনো লিৎকদবা?

পান্না—ময়াম পুন্নমক্ত নখোইগী অস্নুন্না থাঙশাং তাশাং পায়বা ঙাক্লিকো!

১বা—মানি মানি, পায়বা ঙাক্কি।

পান্না—ইমাইপেম্মা!

২বা—নংদি কৈদৌনা কিদৌরিবনো? নংদি নচাস্থ লৈতে।

পান্না—ঐগীবুদি ইচা লৈজদে।

১বা—পেম্মা, নংগী চফুত্থদি করি য়াওরি?

পান্না—খোইহি।

১বা—খোইহি য়োনবীরনে নংবো?

পান্না—হোই, খোইহি য়োন্দুনা হিংজরিবনি। য়াম্না লাইরথবা মীনি।

১বা—নংবু লাইরবা!

২বা—নংগী থম্মোইস্থ খোইহি, খোঞ্জেলস্থ খোইহি, শাজৎস্থ খোইহি,—কৈদনো নংনা লাইররিবসিবো?

১বা—ঙাইখো পেম্মা, নংবু ইশৈ-নোংমাইকা হৈ-লাকপ্রা?

পান্না—হৈতে বাবা।

১বা—এঃ ঐবু বাবা হায়বা!

২বা—হরে হরে—খোইহি পুম্বা চেম্থরেদনা।

১বা—নংনা বাবা কৌরবনিনা ফরে, ঐ নংগী বাবা ওইরে।

২বা—অদুদি ঐনা নংগী খুড়া থোক্লে।

১বা—ঐনা বাবা ওইরগবু করম্না নংনা খুড়া ওইগনি? ইপল ওইফম থোকই।

২বা—ইপল! নংবু ঐনা হনবা?

১বা—হন্দবদে। হল্লি, থাঙ্গৈশেংনমক হল্লি।

২বা—অদুদি য়েংগে য়েংগে, নং নয়া কয়া তারে—?

১বা—খবর্দ্দার! য়াম্লুংদা নখুৎ থিংজিল্লক্কনু।

২বা—ইয়াঃ! নং ঐঙোন্দা শীংনা-লাকনা তৌরিব্রা?

( থাঙ শৎপা, অমত্তুসু থাঙ তাপ শৎপা )

১বা—এঃ হুপী মমাংদা ফল্লেদা নিপাসে—। ফৈ, ফৈ,—

( কদম তৌদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎনবা, অদুদগী তপ্পা······ )

ঙাইখোহে, ঙাইহাক্তা ঙাইখো।

২বা—কিরক্লবরা?—

১বা—কৈদৌনা কিজরুনি। অদুবু মী অমা মাইকৈ সোমদা লাক্লে হায়বনি।

২বা—কদাই? ( মবানিমক য়েংবা ) করিনো অমসু মকোক্তা পুরি। অঙাং ওইরিব্রা?

( য়েন্দাই পুম্বনা বারি চংলকপা, পান্নানা শ্বাই পাখৎখিদুনা মচিন-বান্দা খুৎ থমদুনা তুমিন্না লৈয়ু হায়না ইঙ্গিৎ তৌবা )

১বা—কনানো নং?

২বা—য়েন্দাইদুদা করি য়াওরি?

পান্না—অকংবা উনানি বাবাখোই। উম্মুংদগী মানা খুল্লক্লগা মদু মৈ থাদুনা ঐনা তল হৌই।

১বা—অদুদি মসি নংগী ··········?

২বা—হাঃ হাঃ হাঃ—( মবানিমক নোকপা )

পান্না—উমংদগী মানা খোইরা লোক্লকই, অদুগা ঐনা মদুদগী খোইহি নিকথদুনা লোই।

১বা—ঐখোইগী ইম্মাক নিপাসি গুণ য়াম্না লৈরিপোৎনিনা অদুদে।

২বা—ঐখোইনা ঙসাই লাকপদা নংনা লোম্না-লোম্না কৌরম্বদু মাবুরা?

১বা—ইকাইরুন্থ ইচাসিদি। মহুবু করি ইকাইকম লৈরগে ?

২বা—ফরে ফরে, হৌজিক্তি নবানিস্থ থেংনরে, ঐখোই চৎলগে। অহুগা ঐখোইনা হায়বহু কাওস্থ, উদয়সিংহ ওইবা তাই হায়নবু করিগুম্বা চিংনবা মীশক থেংনরবদি, ফাহুনা রানাগী মনাক্তা পুহুনা হেক্তমক চৎলু। নখোই লান্মী নত্রবস্থ মনা চাওনা ফংগনি, খঙলব্রা ? ঐখোই চৎলগে। চৎসি ভাই, চৎকদৌরিবা লমসি ফনা য়াম্না শাংলি।

১বা—হুংঙাইনা পান্নু ইচাগা ইঙ্কাকা। ঐখোই চৎলে।

( লান্মী অনিমক চৎখিবা )

পান্না—( মখোইনা চৎখিবহু ঙহাক মুন্না য়েংলগা ) ভগবান একলিঙ্গনা কনবিরে। ( বারিদা ) উদয় করম তৌরি ?

বারি—উখাদা ফমহল্লুনা উহৈ খরা থিহুনা পিজরে। তুরেলদগী ইশিং শোকউরগা পিথক্লে। তুম্লিংহুনা উইথরক্লবা মতমদা য়েন্দাই মহুংদা উনা থাহুনা তুমহনগ্রবনি। নংগী নচা কনকতি কদাইদা থনম্রে ?

( পান্নানা মমাই লৈথোক্তুনা মমিত্তা পি শিন্থনা লেপ্লি )

মহাকপু বনবীরগী মথুক্তগী কনবা ঙমহৌত্রবরা ?

পান্না—ভগবন্না মাবু লৌশিনবিরগে হায়হুনা অহিং অমতংগী রানা ওইনিংবগী রাখল মঙোন্দা পোক্‌কহনগ্রবনি।

বারি—অহু ফাওবদা নহাক অস্থক শাংগ্রবা লম্বেলসি লাকপা ঙম্রিবা ?

পান্না—মহু ফাওবদা ঐ হিংলি, মহু ফাওবদা ঐ হিংগে নিংলি।

বারি—নহাক দেবী ওইবহুনা হুংগী-থম্মোই চেন্নবনি।

পান্না—বনবীরগী মথুত্তগী ছুড়িহু মৈঙাল্লক্তা ইরং লংলকপহুদা ঐহাক থুং অনিনা মিংসি চেংনা খুমজিল্লি। অমুক্তমক, শুপ্নগী অমুক্তমক, ইনাকোংসিদা 'ইমা' হায়বা খোনকমহু তাখি। অহুদগীদি ঐহাক জ্ঞান য়াওদনা তুথরে। ঙহাক লৈরগা কনানো অমনা হোদোক্লকপগুম লোম্না তুমিন্না হায়রকই, শিশোদীয় শাগৈ মুস্তনবা হোংনবা নংগী নথক্তা লৈরবনি, রানা সঙ্গী মচাবু কল্লগা নহাক্লা মেবারদা কাংখোং চাইবা কোকহনগদবনি। অহুদগী ঐহাক ঐগী ইথৌ লেপ্লে বারি! শাথীনা লুরবা ইথৌনি। থরাইগা হকচাংগা কাইনদ্রিমখৈ ঐগী অমতা ঙাইরবা তৌগদবা ইথৌদি, উদয়বু য়ৈখাই-খিনগাইরোইদবা মফমদা থৈরগা মেবারগী সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপা—।

বারী—হুপী নহাক্লা মহুবু ঙমগদ্রা?

পান্না- বাজপুত নিংঙোলদি য়াম্না ঙশ্মি বারি।—নত্তে, মফমসিদা অমুক থিন্থবা চুমদ্রে। বনবীরনা মাইকৈ-শীন্না মাগী মী থাগ্রে উদয়বু খিবা। ঐবু ইশক হেক খঙখিবগা থাদোক্লরোইদবনি। অহুনা খঙউ, ঙসিদগী হোনা ঐখোই লম্বী হায়বা জাংসি শুকচং চংলরোইদবনি, মী তাবা মফম চঙবা য়াদ্রে। শুক্লবা উদুংদা ওইরগদবনি ঐখোইগী অমতা ঙাইরবা চঙজফম।

বারি—রানা উদয়বু অরাবা পুম্বসি খাঙবা ঙমগদ্রা?

পান্না—মেবারগী রানাশিংদি থাইনদগী হোনা অরাবা পুজিদা লেন্নরক্লিবনি।

বারি—কয়া কুইনা অসুম্না লেনখিগদগে পান্না ?

পান্না—রানা সঙ্গবু ভক্তিগা লোয়ননা শুংশিবা কনাগুম্বা সর্দ্দার অমগী মক্কমদা উদয়বু থমজ্রিবমথৈ ।

বারি—বনবীরগী য়াথংবু খৌওইদনা চঙজক্ষম পিবা কনাগুম্বা লৈরমখিদ্রা ?

পান্না—অয়াম্বনা পিরোই, অয়াম্বনা কিবদগী ঐখোইবু তাম্থোরক্কনি। অত্থবু শোয়দনমক শিবা তারবদগী কনবিরক্লবা ভগবান একলিঙ্গনা, পাক্লবা রাজস্থান অসিগী করিগুম্বা মক্কম অমদা শোয়দনমক চঙজক্ষম লাঙত্থনা থম্বিরমগনি।

বারি—পান্না! পান্না! ঐ করিগুম্বা রা অমতা নঙোম্দা অমুক হংবা তৌথ্রোই। ভগবান্না নংগী থম্মোইমুংদা লেঙদনা ঙাম্থোইত্থনা লৈবিরে। মানা তাকপিবা মতুং ইন্না নহাক নখোঙ থাংলি, মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না নহাক থবক তৌরি। ঐখোইনা নংবু খঙবা ঙম্বা ইতিক নত্তে। নহাক্কা পিবা য়াথংত্থতা ঐহাক পাঙথোক্লবা হোৎনগনি। নহাক্কা মৈথুংদা চোংশিল্লু হায়রবসু ঐহাক চোংশিনগনি, ইথুত্তা হু পিরবসু অমৃতনি খন্দুনা হরাওনা থক্কনি।

পান্না—নত্তে বারি, অত্থক কোম্না ঐহাক নংবু পাক থাদোক্লোই। উদয়বু ঙাক-শেন্নবা নহাক শোয়দনমক হিংখিগদবনি।

বারি—অত্থগা নংদি ?

পান্না—ঐবো ? উদয়গী লৈক্কম অমা লেপ্পগা ঐ অমুক হন্না চৎকনি—চিতোরদা।

বারি—চিতোরদা!

পান্না—মানি বারি, চিতোরদা। চিতোরগী পাওত্রবা সর্দ্দারশিংবু তৌগদবা মথৌ খুদোনবী থিন্দুনা তাক্লগা, মওক হাইগৎহনবা তাই। অতুদগী—

বারি—অতুদগী পান্না ?

পান্না—অতুদগী মচা হাৎপা মীগা মমাগা শকউন্নবা, অশিবগা লোয়ননা অশিবগা লেঙ্গোন্নবা।

---

# অনিশুবা অঙ্ক

## ১বা উৎপা

চিতোর কোন্থুংগী নিংখিবা কা অমা।

[ চম্পাবাঈ ফম্ফম অমদা শুকথনা ফম্লি, শীতলসেনী চওলকই ]

শীতল—মজাইবেম্মা !—( অহানবদা খুমদবা ) মজাইথেম্মা !

( চম্পানা খানা শংত্রিক য়েংলকপা )

চম্পা—করিনো মীহাৎপগী মমা ?

শীতল—বনবীরনা তৌরিবসিদি মেবারগী রানাশিংনা থাইনদগী চৎনরক্লবা লোনচৎনি।

চম্পা—ঐগী ইপাদি থক মত্থম তৌখিদে।

শীতল—অহুনবু বিক্রমজিৎপু অকনবনি হায়না শীংখানদেদনা।

চম্পা—মী হাৎলগা অকনবা শকপা নত্তে।

শীতল—হাত্তবা য়াদবা মক্ষমত্নদা মীহুংশি খঙবা উৎপদি অশোনবগী খুদম্নি।

চম্পা—অকনবা পুম্বা অথৌবা নত্তে।

শীতল—ঐগী বনবীরদি কনবগী মতিক পুকচেনস্থু চাওই।

চম্পা—অত্থম্বা বনবীর অত্নগী নাপন্দা নহাক অত্থম্মক পেন্দুনা লৈয়ু, ঐঙোন্দা অমুক ওৎলহু।

শীতল—ওৎকে হায়দুনা নংবু কোহুংসিদা নিংথৌগী মচা অমগী ইকাই খুম্নবা ঙাক্তুনা থম্বা নত্তে। ওৎপু ওৎকে হায়রবদি—

চম্পা—কৈশুমশঙদা থমগদবনি, নত্রা?

শীতল—নংনা খঙলিবত্থ মঙাই, বনবীরদি বম্দি ময়াম থমত্নুনা কৈশুমশঙ থক চিলহন্দে।

চম্পা—খঙই, হাৎপদনা খ্বাইদগী কোম্বা থবক্নি হায়বসি মহাক খল্লি।

শীতল—হাৎকে হায়রবদি নহাকপুস্থ হাৎপা অত্থম্মক য়াই।

চম্পা—করিগী ঐবু হাৎত্রিবনো হায়বত্থস্থ ঐহাক খঙই।

শীতল—করিগীনো?

চম্পা—হাৎপদগীস্থ হেন্না তুক্কচরবা থবক অমা মহাক্না পাঙথোক্কে হায়না খল্লি। তুক্কচরবী হুপী নংনা মত্নগী মতেং পাংলি।
(চম্পা ফুক হৌগৎলি, শীতলসেনী শাওনা খানা য়েংই, অন্নদগী মপুক্লিং ফাথরগা তপ্না হায়রকই)

শীতল—নহাকসি ওম্বোক্না পঙত্রে।

চম্পা—নহাক্না হায়গদবা অত্তে রা লৈরিব্রা?

শীতল—লৈরি। অত্থবু হৌজিক নংগী পুক্লিংত্থ ইংথত্রে।

চম্পা—পুক্নিং ইংথবা! মসিদগী হেন্না পুক্নিং ইংথনিঙাই করিবু লৈরিবগে? ইপা হাংপা মীগী ময়ুমদা থা অমগী মথংদা থা অমা, চহি অমগী মথংদা চহি অমা লেঙদনা লৈরক্লি। তুক্কচরবা মীশকশিং অহুবু মিকুপ খুদিংগী মিংসিনা উরি। মথোইনা পিজবা চাক চারি, মথোইনা থোনবা ফী শেংলি, অহু ফাওবদা ইথোরিসি মেংথাইহুনা হৌজিক ফাওবা ইথম্বা শিজজ্রি। মসিবু ঐহাক্কী পুক্নিং ইংথবগী খুদম নত্রা?

শীতল—নিংথৌগী মজ্জা ইবেম্মা! নপুক্নিংগী রাহু নচিনবান্দদি কাঙথোক্লি।

চম্পা—(শংত্রিক য়েংলগা) নংনা হায়নিংলিবসি করিনো?

শীতল—(চংশিন্দুনা চম্পাগী মখুৎ পায়শিল্লগা) ঐগী বনবীরবু নহাক নপুক্নিংদা তুক্কচবা পোক্কে।

চম্পা—(মখুৎ কন্থোক্লগা ফীংনা চংথোক্লুনা) তুক্কচদবা! ইপা হাংপা মীহুবু ঐনা তুক্কচদবা!

শীতল—নপুক্নিংদা হন্না হন্না খল্লি, বনবীর অসি করিগুম্বা ইপা হাংপা মী নংলমত্রবদি হায়না। (মিংচিনা হায়ফেৎ ঙহাক য়েংই, চম্পানা চমন্নবা লৈ) চন্নবা, ফজরবা, পুকচেল চাওরবা বনবীরনা ইপা হাংপা মীশক নংলমত্রবদি, মাগী মিঙ্গৌ, মাগী রাঙাং, মাগী মকাদা চংজক্কম ওইবা পুন্নমকসি, কয়া জুংঙাইরমগবা হায়না খনবা মীহুনবু, তুক্কচবা পোকপা হৌনব্রা নিংথৌগী মজ্জা ইবেম্মা?

(চম্পা ইকাইবনা মমায়হু খুৎনা খুমজিল্লি)

ইকাইদুনা মায় খুমজিন্নব্রা ? ঐনা চিংনরিবসি চুম্লেদনা অদুদে ?

চম্পা—(ফিংনা শীতলসেনীগী খুৎ পায়শিন্দুনা) নহাক ঐবু কৈশুম-শঙদা থম্নবা খোৱাং তৌবিরো।

শীতল—মদুনা নঙোন্দা শাফগনি হায়বা ঐ খঙই। অদুবু ঐগী ইচানা য়ানিংদবা থবক্তু ঐহাক তৌ নংদে।

চম্পা—অদু ওইরগনা নং ঐবু হাপ্তোকপিরো।

শীতল—মদুম তৌরবদি ঐগী ইচানা ঐবু মপোকসিমগী ঙাকপি-ররোই।

চম্পা—(ফিংনা খোইশাওননা শীতলগী মখুৎ কপ্তোকুনা) ইচা ! ইচা ! ইচা ! তুরুচরবী মুপী ! নংগী নচিন্দা রাহৈসি পনবা ঐ শুক্না তানিংদে।

শীতল—ইচা নত্তনা ঐগীদি জগৎসিদা করিমতা লৈতে মঙ্গা ইবেম্মা। মুপী ওইবীগী ইকাই খুম্নবা মাঙব্রে, শাগৈ-নাতৈগী মুংশিবা লৈত্রে, মীওইবপুম্বগী খোজাল ফংদ্রে।

চম্পা—নশানা তৌজবা পাপ্না পুম্নমক্তু মাঙহনজবনি।

শীতল অচনবু অমতা ঙাইজরবা ইচাসিদি অমুক মাঙহনজনিংদ্রে।

(বনবীর চংলকপা)

বনবীর—ঐবু মাঙখিনি হায়বা মরম চাদবা অকিবত্ কদাইদগী পোরক্লিবনো ইমা ?

শীতল—মমা ওইবীগী থম্মাইদদি নচুগী অকিবত্ মতম পুম্নমক্কা লৈ ইবুঙো !

চম্পা—ঐহাক হৌজিক চংখিবা য়ারবরা শীতলসেনী ?

বনবীর—অকায়বা লৈত্রবদি ঙহাক্তা ঙাইখো।

শীতল—নিংথৌগী মজা ইবেম্মগী থয়াইসি ঙসিদি কয়া চুংঙাই-তবগুম তৌই। ঙাংনগদবা রা থরদং ঙাংনরগা মাবু খিন্দনমক পোখাহনবা কৈ।

(শীতল থোকখিবা)

বনবীর—চম্পা! সুমিৎ ফনা শাংন হৌখ্রে। অদুবু ঙসি ফাওবা নং ঐবু ঙাকপিবা ঙমদ্রিবরা? (চম্পা তুমিন্না লৈ) নহাক নংগী নপাবুংগী কোচুংদা লৈবে। নহাক্না অপাম্বা থবক তৌবদা করিস্নু অপনবা লৈত্রে অদুবু করিগীনো—?

চম্পা—মবম থঙনিংত্রা, অদুবু করিগীনো ঐনা তৌবিমল খঙবা উৎত্রিবা?

বনবীর—তৌবিমল খঙবগী রা নত্তে, খম্মোইগী রানি। নংগী চুংশিবত্তু মরিক অমা ফাওবা ফংনবা করিমত্তা মতিক চাংত্রবরা ঐসিবো?

চম্পা—চুংশিবা! নংগী নপুকচেন্দুদবু চুংশিবগী কান্নফম অমুক লৈরিব্রা? হাৎপনা নংগী ময়াই কাবা ওইরি, মীপোৎ মুনবনা নংগী চুংঙাইবা ওইরি, ওৎ-নৈবনা নংগী নথৌনা লৈবা উৎলি। থবকশিংসিত্তা তৌত্তনা নহাক চহি মঙাসি লেল্লক্রিবা নত্রা?

বনবীর—অচুম্বনি চম্পা! মত্তম্বা তৌত্তনা অম্বুক কুইবসি লেল্লক্লে। অদুবু ঙসিদি ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা লৈত্রবা মী অমগুমত্রে। ঙসিদি থল্লক্লে, পুক্নিসিদা ঐনা তাল্লিবসি করিনো? অদুগা ফংলিবনা কদাই? চুংঙাইবপুম্বা ইখুৎ চনগে হায়দুনা

সিংহাসন মুল্লুরে, অহুবু করিনো ফংলিবা ? সর্দারশিংনা মকোক লৈপাকশোক্লা ঐবু খুরুম্মি, খোগম্লোইশিংনা ঐবু থাগৎপগী ইশৈ শকই, লাম্মিশিংনা ঐগী মিংদা জয় লাওই। ঐহাক পুম্নমক মুন্না য়েংই, পুম্নমক নাকোং থাঙ্গত্তুনা তায়, অহুগা অচিকপদা ইথম্বনা ইথম্তুবু হংজৈ—করিনো নংনা ফংলিবদি— ? লাইবক থীরবা বনবীর, করিনো নংনা ফংলিবদি— ?

(চম্পা খঙহৌদনা ইসি-সিনা নোক্লকই)

নহাক নোক্লিবদি করিগীনো ?

চম্পা—ঙসিদগী হৌনা ঐগী নোক্লবা মতম লাক্লে, ত্তোখিবা নপাপকী লাক্লবা হৌরক্লে।

বনবীর—(চম্পাদা মুন্না য়েংলগা) নহাক খনব্রা, ঐ অসি থম্মোই শোম্বরক্লে, ঐগী মাঙনবা মতম নকশিল্লক্লে হায়না।

চম্পা—মানি, মহুমক্লি।

বনবীর—অহুবু ঐদি মহুগীদমক থোইনা রাবা লৈতে।

চম্পা—রাদবা ?

বনবীর—রাদে।

চম্পা—অহুদি পুম্নমকসি লংথোক্লম্লগা মমাংঙৈগী মতৌগুম উমংদা কোয়না চত্তুনা, শা তান্দুনা নপুম্মিত্থু অমুক লেল্লুবা ঙমগব্রা ?

বনবীর—ঙমগনি, করিগুম্বা............।

চম্পা—'করিগুম্বা' হায়বা রাহৈ অমা থেৎচিন্দুনা পাউথুম অহু মরো থাঙহনবা তৌগন্নু।

বনবীর—ঙমগনি, করিগুম্বা ইমাগী য়াখং ফংলবদি।

চম্পা—ইমাগী নিঙবা থুংহনবনা নংগী নপুঙ্গিদা থ্বাইদগী মরু ওইবা থবক ওইরবদি, ইমানা পাম্বা তুংইন্না নিংথৌ হাৎলবা, অঙাং হাৎলবা ফাওবদা, সিংহাসন্দা ফম্না ফম্না করিগী খল্লি নংগী নপুঙ্গিদা করি ফংলে হায়না।

বনবীর মতুংসু খল্লি চম্পা! খল্লি ঐন, ঙসি ঐগী ইমা সুংঙাইরে, অতুগা করিগীনো ঐনা সুংঙাইত্রিবা? খল্লি, করিগীদমক নংনা সুংঙাইত্রিবা?

চম্পা—ঐবু করিগীদমক সুংঙাইত্রিবনো হায়বা!

বনবীর—চম্পা! নহাক্কী সুংঙাইনবা ঐনা হোৎনবসি য়াদবরা?

চম্পা—(ফিংনা) বনবীর! নং ঐবু কৈশুমশঙদা থম্লো।

বনবীর—করিগীনো চম্পা, করিগীনো নংনা অতুগুম্বা রা হায়রিবা?

চম্পা—নত্রবদি নোংমা নংবু শোইদনা ঐনা হাৎলবা য়াই।

বনবীর—হাৎপা য়াবা সুমিত্তুদদি নংনা হাৎথিত্রে। নমাংদা নংবু পোকপগী অশিবা মশা তাই, অহাৎপা ঐনা নংগী থাং-য়ান ভাইদুনা লৈ, নখুত্তসু থাংশাং পায়। অতুক খুদোং চারবা মতমতফাও নংনা নাম্লোকহনগ্রবদা, হন্না হন্না হাৎকনি হায়না ফনা রাশক্তুনসু, নং ঐবু হাৎপা অমুক ঙম্নরোই।

চম্পা কৈশুমশঙদা থম্লিংত্রগা ঐবু থাদোক্লো।

বনবীর—নংদি ঐগী বন্দি নত্তে। নংনবু পাম্নবদি নপা ইবুঙোগী কোম্নুংসি খাদোক্লগা নং চৎখিবা য়াই।

চম্পা—য়াগদ্রা বনবীর! মতু য়াগদ্রা?

বনবীর—অতুদগী হেন্দোক্তুনা ঐ ইশামক্না নংবু চৎনিংবা মক্মতুদা

থিল্লু হায়রবসু থিনগে। হায়, কদায়দা চৎনিংই ?
(চম্পা তুমিন্না লৈ) হায়, তুমিন্না লৈগনু, হায় চম্পা !

চম্পা—হুংশিহৈতবা ! নং ঐগী চৎকম লৈতে থঙহনা ঙাংলিবনি।
(মমাই লৈথোক্লনা কপ্পা)
(খুৎলাই পাইবা অনিগা শীতলসেনী চংলকপা)

শীতল—মক্তা ইবেম্মগী মশা কয়া হুংঙাইতবগুম তৌমাল্লে বনবীর !
মাবু পোথাহল্লুরো।

বনবীর—ইমা ! চম্পাসি মফমসিদা লৈবা কযা হুংঙাইত্রমাল্লে।

শীতল—অদুনা ঐঙোন্দসু কৈগুমশঙদা থম্বিরো হায়।

বনবীর—মতুদি ওইবা য়াবা থবক নত্তবনিনা…… ‥ ।
(বনবীরনা মমাবু য়েংলকই, বা মখা তাবা ঙমদ্রে)

শীতল—হায়, নহাক্কি রানা, নংনা পাম্বদুতা তৌবা তাই।

বনবীর—রানানা হায়বা নত্তে ইমা ! মচানা মমাগী মফমদা
হায়জবনি।

শীতল—কৈ, অদু ওইরবসু হায়।

বনবীর—চম্পাগী মপাগী কোম্নুং অসি চম্পাদা পিথোক্লম্লগা, ঐখোই
হন্দুনা ঐখোইগী হান্নগী যুমদা লৈরুরসি।
(শীতলসেনীনা পিশুম শুক্লপ তৌনা বনবীবু য়েংলগা চম্পাদা
ওনশিন্দুনা হায়রকই)

শীতল—মক্তা ইবেম্মবু তুম্ফম কা তান্না লোয়ননবা ননাইশিং
ঙাইহনা লৈবে।

চম্পা—(শীতলসেনীদা থানা য়েংলম্লগা) চৎলো—।
(হায়না ইমুং তান্না পরপ পবপ চংখি, খুৎলাই পাম্নবশিং ভুং

ইন্নখি। শীতলসেনীনা খন্না চংশিন্দুনা চম্পানা চংখিবা য়েংল্লুরগা বনবীরদ: থারপ হায়রকই)

শীতল—চম্পাবাঈদা মপাগী কোন্নুং অসি পিথোক্লগা নংগী হুংঙাইবা ওইগত্রা বনবীর!

(বনবীর মমাই ওন্থোক ওন্থোক্লা খুম্মকই)

বনবীর—কোন্নুংসি মানা ফংক্ষম থোকই।

শীতল—সিংহাসন্দি ফংফম থোক্ত্রা?

বনবীর—(ফিংনা মমাদা লৈশিল্লক্তুনা) ইমা!

শীতল—উদয়সিংহবু থিবা ফংত্রবনিনা হৌজিক চম্পাবাঈনা সিংহাসন কাক্ষম থোক্লে। মীনাই হুপীনা পোকপা বনবীরনা, মীগী মপোৎ হুরাল্লুবগী প্রায়শ্চিত ওইনা চম্পাবাঈদা সিংহাসন পিথোক্লম্লগা বন্দা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরুরবদি, নথরাইদা অইংবা ফংগনি নত্রা?

বনবীর—ঐগী পুন্সিদা অইংবা ফংদ্রে ইমা!

শীতল- রানা ওইরগা রানাগী মথৌদি তৌদনা, মথোক কারক্লিবী চম্পাবাঈগী ফংফম লৈত্রবা থৌজাল ফংনবা থম্মোইদা মৈ ওমতুনা থম্লগা, অইংবদি কদাইদগী ফংগদগে?

(জগমল চংলকপা)

জগমল—রানা! রানা!

শীতল—জগমল! রানাগী য়াথং মতুং ইন্না নহাক হৌজিক্তগী ঐগী থবক তৌবা মীনি।

বনবীর—জগমল! নংনা পুরক্লিবা পাওজু ইমাদা তম্মু। খণ্ডউ,

লৈবাকসিগী মবেম্দি ঐগী ইমানি।

(ফিংনা বনবীর থোকখিবা)

জগমল—দেবি! ঐহাক লুরবা পাও অমা পুজরক্লি।

শীতল—জগমল! নং হন্না হন্না ঐখোইগী ইত্তেং পাংলক্লে। ঐখোই নংবু মনা চাওনা পিনিংই।

জগমল—দেবি!

শীতল—করি মনা পাম্মি জগমল?

জগমল—দেবিনা থৌজান্দুনা পিনবিবহুমা—।

শীতল—লৈপাক তংখাই অমগা লোয়নননা নিংথৌগী মচানুপী পিরবদি নহাক হুংঙাইগদ্রা জগমল?

জগমল—নিংথৌগী মচানুপী!

শীতল—মানি, মেবারগী নোঙ্গাঞবা রানাগী মজা ইবেম্মা নিংথিরবী চম্পা।

জগমল—চম্পা!

শীতল—মানি চম্পাবাঈনি জগমল।

জগমল—দেবি, থিকনেম্বা ঐনা থাজহুবু করম্না লাম্ব ফংজগদগে?

শীতল—ঐনা ফংহনগনি! থাজত্থুবু ঐনা নথুত্তা শিন্নবিগনি!

জগমল—অত্থুবু বনবীরদি·········?

শীতল—বনবীরগী রাত্থুদি ঐনা দাই পুগনি। অত্থুগা নংনা থনগদবদি, চিতোরগী রাংমদা করিগুম্বা নিংথিজরবা লৈকোলগী য়ুম অমদা, নিংথিরবী চম্পাগা লোয়নননা হুংঙাইনা পুন্সি লেল্লুবা ঙমগদ্রা অসিনি।

জগমল—মহুদি ঐহাক স্বর্গদা লৈবগা চপমান্নবা খনজগনি দেবি। অহুবু চম্পাগী মপুক্লিং ফাবা ঐগুম্বনা করম্না ওম্ফম থোকপগে?

শীতল—লাকওম ফাওমক্রবা পৃথ্বিরাজবু ঐনা ইলাই-লাইনা খুহুম চনখি।

জগমল—মহুগী লৌশিংদু ঐহাক্তি খঙজদে।

শীতল—মহু ঐহাক্না নঙোন্দা তম্বিগনি।

জগমল—দেবী! ঐহাক রাশকচরবনি, নংগী থবক্তা ঐগী থরাই মঙা কচ্চরবনি। (খুরুম্বা)

শীতল—হৌগৎলু জগমল! ঐগী থবক্তা নথরাই থাকম করিস্থু লৈতে। হুংঙাইনা ইংনা পান্দুনা ঐগী য়াথং ঙাক্নদবগনি। চম্পাগী রাফমসি থিন্দনমক পাঙথোক্নবা হোৎনরগনি। হৌজিক্তি তম্মো, করি পাউনো-নংনা পুরকপা।

জগমল—পান্না চিতোরদা হল্লক্লে।

শীতল—য়োকচবী পান্নাবো!

জগমল—হোয় দেবী।

শীতল—করিগী হল্লক্লিবা?

জগমল—মহুনি ঐনা খঞ্জরিবস্থু।

শীতল—চিতোর য়েংনিংহুনা লাকপদি নত্তে।

জগমল- চিতোরবু মানা করি নৌহৌনা অমুক য়েংনিংঙম থোকপগে?

শীতল—মী উনবা লাকপা ওইরম্বস্থু য়াই।

জগমল—মাগী মরী-মতানি হায়বা কনাগুম্বা মীশক অমতস্থু চিতোরদদি লৈতনা!

শীতল—মাগী লৈত্রবস্থ উদয়সিংহগীদি লৈ।

জগমল—উদয়সিংহগী হায়ববু কনা হিংলিবগে ? ঐনা খনবদি—, রানা বনবীরগী মখুত্তগী নাম্বোক্লবস্থ উদয়সিংহ কৈগী মখয়াম্ভা শোয়দনা তারম্নগনি, অদুনা পান্না অমুক হল্লক্লবনি।

শীতল—পান্নাবু কদাইরাইদা ঊরম্মি জগমল ?

জগমল—নুংশিৎতোনা কোইথুং থুংনা পাইদুনা লৈ দেবী।

শীতল—সর্দ্দারশিংগী য়ুমখোং থুদিংদা ?

জগমল—সর্দ্দারশিংদি আহোরিয়াগী দমক্তা কোইরাঙ লাঙব্রে। ঙসি অহিংসি মখোই ময়াম চণ্ডী পীঠদা পুল্লগা, হয়েং অয়ুক ঙন্তা পুল্লপ চৎকনি হায়দুনা য়ুমখোং থুদিং মক্তুগী শেম-শানব্রে! হুমিৎ হুম্নি লৈরগা মখোই অমুক হল্লকনি।

শীতল—পান্নানা মখোইগা অমুক উনবা ফংলরোইদবা ?

জগমল—সুকক্কং ফংলরোই।

শীতল—পান্নানা করিগুম্বা চণ্ডী-পীঠদা মখোইবু ঙাইরম্নবদি ?

জগমল—পান্নাবু চণ্ডী-পীঠদা! করম্বী হুপীনা মথন্তা মক্কমতুদা চৎপা ঙমগদগে দেবী ?

শীতল—অশিবা মচাবু মথাদা কোল্লগা অহিং অথেংবদা মথন্তা মোংফম তান্না চৎপা ঙম্বী হুপীদুনবু, চণ্ডী-পীঠদদি করম্না চৎপা ঙম্মোই!

জগমল—অওইবনি দেবী! মহাক্লা ঙমদবা লৈতে।

শীতল—চণ্ডী-পীঠদা ঐস্থ ঙসি চৎপা তাই।

জগমল—অহিংসিদা!

শীতল—হৌজিকমক। লাও ইতুং ইল্লকউ।

(শীতল চৎখিবা)

জগমল—ইস্‌ ইমা চণ্ডী ননাইবু কনবিয়ু,

ননাইবু কনবিয়ু। (তুং ইন্নখিবা)

২—২

## ২শুবা উৎপা

### চণ্ডী-পীঠ।

(শুক্লবা উন্নংদা অমনবা মন্দির অমা লৈ। মমাংদা ধুপনচিংবা থারি। সর্দ্দার মন্নাম ইকোয় কোয়না লেপ্লি। ময়াইদা পান্না লেপ্লচ্‌না ময়াম্না হংবা খুম্লি।)

কর্নজি—নংনা থনম্বরা?

পান্না—ঐ মক্না থনম্বনি।

করমচাঁদ—কনাগী মনাক্তা?

পান্না—মহু ঐ হৌজিক তাকথোকখিরোই।

বীরমল্ল—অহুদি কৈদৌঙৈ তাকথোক্কনি?

পান্না—রানা সঙ্গী মচা অতোম্ববু ময়ামসিনা সিংহাসন্দা থাঙ্গৎকনি হায়না রাশক্লবা মতমহুদা।

কর্নজি—মহুগী রাখলহু ঐখোই থন্দে হায়বা নং করম্না খঙই?

পান্না—রাখলহু থবক ওইনা পুখোক্লবা খোয়াং তৌদবসি উবদা।

কর্নজি—নংদি রাজনিতীগী মরমদা করিম্ভু জ্ঞান লৈতবী নুপীনি।

লৈবাক্কী ফীভমদি পাম্মি হায়বতুনস্থ পাক হেক ওনবা য়াম্বা নত্তে।

পান্না—মুপী ইথম্বনা মেবারগী মমল নাইত্রবা রত্নবু ইথাদা কোল্লগা রাজস্থান শীন-থুংনা কোযরুরবনি। বনবীরবু কিবনা চংলুবা সর্দ্দারপুম্বা কুমারবু চংজফম পিযু য়াখিত্রবনি। অত্তুবু ঐহাক নিঙবা কায়বা তৌদনা, নোংজু মু শা থাক্তনা, অম্মুম অম্মুম মথং মথং চৎলক্লবনি। মমৈথংদা ঐগী বাঙাং তাবদা মথৌনি থল্লক্তুনা সর্দ্দার অথোইবা অমনা হৌজিক কুমারবু মচাগী মতৌগুম্না য়োকপ্রে। অসি য়োনা মীগী পুকচেন ওলহনবা ওম্লক্লবী ঐঙোম্দা ময়াম্না তাকপিরি, হেক নিংঙকপগা লৈপাক্কী ফীভম ওনবা য়াদে, ফনা নোক্লিংবা রানি।

কবমচাঁদ—অত্তুবু চিতোরগী হৌজিক্কী ফীভমসি নংনা খঙলিবত্ত-মঙাই।

পান্না—ঐদি মতম শাংনা চিতোর থাদোক্তুনা লৈকবে। অদুবু হৌজিক ঐনা হল্লকপা মতমসিদা মী হায়বত্তুবু মশাক অমতা উখিদ্রে, বনবীবনা ওম্লমক শা ওনহল্লম্রে।

কর্নজি—হন্না হন্না বনবীরগী মমিং পনগম্মু মুপী।

পান্না—করিগীনো চন্দাবৎ সর্দ্দার?

কর্নজি—কনাগুম্বা অমনা তাখিবম্মু য়াই।

পান্না—ওম্মোকপনি মেবারগী অথোবা সর্দ্দারশিং! ঐহাক ময়ামসি অম্মুক তোম্বপ্রে থঙলম্লবদি, অম্মুক রাংবা আশা তৌত্নুনা ময়ামগী নাক্তা লাকচরম্মোইদবনি।

করমচাঁদ—মহু নংগী অরানবা রাথলনি। খুদোংচাবা মতম, ফীভম, লাক্ক্রবদি ঐখোই থবক হেক পায়খৎপা ঙম্মোই।

পান্না—ঙসিবু মতমহু লাক্কিব্রবরা? ওৎ-নৈবনা লৈরাক পানবা ঙম্নব্রে, নত্ত-শাজৎনা লৈপাক শীল্লে, হক নত্তনা অচাওরম কাখিবগী নাপল্‌না মেবারগী মমাংঙৈগী ইকাই খুম্নবা মকশিনহনখ্রে। অসি ফাওবদা মতম লাক্তি, তাকপিরিবা!

বীরমল্ল—ঐখোই থৌরাং তৌনবা মতম থরদি চংবা তাই।

পান্না—অঙকপনি সর্দ্দারপুম্বা! ময়ামগী পাঙ্গল শোনবহু লোৎ-ননবগী দমক, ঙসি ময়াম্না 'মত্তম' 'তাঞ্জা' 'থৌরাং' অসিন-চিংবা রাহৈ কয়া খৌ পোঙনা ঙাংবিহুনা নশা নথত্তবু নশানা মীনমজ্ঞরি। ময়াম্মকপু তাবিদ্রা, মেবারগী ইকাই থুম্নকম ওইরবা ঐখোইগী ইপা ইপুশিংদি শগোল চুপ্লি পায়না পায়না রা তান্নে, রা লেপ্পববু লোইরবদি নিকুপ ফানা ঙাইথবা তৌদনা থবক পাঙথোক্নবা চোংশিন্নে।

কর্নজি—মেবারগী অহুগুম্বা মতমহু অমুক লৈত্রে।

পান্না—করিগী লৈত্রিবনো সর্দ্দার! করি মরমদগী মেবারগী মাইকৈ থুংনা নিংবা কায়বগী পলনা কোয়শিনগ্রিবনো? করিগী দমক্তা মেবারবু য়োৎনবা মাইকৈ মরিদা য়েক্লবনা থাং থাজৎনরিবনো?

করমচাঁদ—করিগীনো হায়বা ঙম্ব্রা মহুগী মরমহু?

পান্না—মীনাইহুপী-মচা অমবু মেবারগী রানা ওইহল্লুবদগীনি।

বীরমল্ল—অহুগুম্বা রাহু হন্না হন্না নচিন্দুদা পল্লবদি নংসু ঐখোইসু চপমান্ননা অরাবদা তামিন্নগনি।

পান্না—অরাবা মাইয়োক্লগে খন্দবা মীশিংহুগী মক্ষমদা ঐহাক রা ঙাংক্ষম করিমতা লৈতে। কান্নদবদা ময়ামগী মতম মাঙহল্লুবসিগী দমক ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐহাক হৌজিত্তি বিদায় লৌজরগে।

(চৎনবা থৌরাং তৌরকপা)

কর্নজি - নং হৌজিক কদাইদা চৎকনি?

পান্না—(মমাই লৈশিল্লকুনা) রাহংহু হংবিনবগী হক্সু ময়ামগী লৈবিজ্রমাল্লে নিংই। (তপ্পা তপ্পা সর্দারশিংগী মাইকৈরোমদ চংশিল্লক্লগা) ঐহাক ময়ামগা অমুক উনহুনা রা ঙাংনব ক্ষংলগনি হায়বসি নিংঙ্রে। অহুনা ঙসি ঐনা অশেংব রাকম ময়ামদা নিংশিংজরম্মিবসিনি,—অরাবা তাগনি কিবদগী ঙসি ময়াম্না মরু ওইবা থৌরম পাঙথোকপিদ্রিবসি অকায়ব লৈত্রে হায়বদি খক খনবিরুগন্থু। রাজস্থানগী সর্দার তরানিথোইশল্লা রাশক্লথ্রবনি, রানা সঙ্গগী মচাবু সিংহাসন্দ থাঙ্গৎনবা মখোই মথল্লাই থারবা ক্ষাওবা হোৎনগরনি হায়না ভীল লিশিংমঙাখকসু মখোইবু তেংবাংগনি হায়না লেপ থ্রবনি।

করমচাঁদ—করি হায়বা! ঐখোই শুক্লা তাদনা অসুক চাওন লাঙখৎথ্রবা!

পান্না—পৃথিবীগী চাওর-চাওরবা থৌদোক কয়া ময়ামসিনা খঙবি উবিদনা থোকখ্রি। মেবারগী রাথোক্তসু ময়ামসিগী র অমুক ঙাইবিগদবা লৈতে। মসিমদি কাওবিহু, হন্দব থোক্লক্লদোরিবা লৈপাক্কী চাওরবা রাথোক্কী ইচাও অসি

চিতোরগী লানবল নমখেক্তুনা মীপোৎ হুন্নানবা বনবীরতবু লুপহনগদবা নত্তে, মাগী ফত্তবা থবকসিদা তেংবাঙলিবা, শিবা কিরবা, পাঙদ্রবা সর্দ্দারশিংবুস্থু লুপহল্লগদবনি।

কর্নজি—নং ঐখোইদা অকিবা উৎলিব্রা পান্না?

পান্না—নত্তে চন্দাবৎ সর্দ্দার, অকিবা উৎপগী মা নত্তে। থোক্লক্ক-দোরিবা খোদোকসি ময়ামগী কয়া য়ান্না খুদোং থিবনো হায়বত্থু তাকচবতনি।

(চৎকে তৌবা)

বীরমল্ল—রাজস্থানগী সর্দ্দার তরানিথোইনা থৌরাং তৌরি হায়বত্থুগী তশেংবা প্রমাণদি?

(পান্না অমুক মমাই ওনশিল্লকই)

কর্নজি—মখোইদি ঐখোইদা অরোনবা পাও থারকপস্থু লৈতে।

পান্না—সর্দ্দারপুম্বা! ঐ অসি ঐমরূা হেক পোকচবা ইচাগী মথন্নাইগী মহুত্তা রানা সঙ্গগী মচাবু কল্লবী পান্নানি। কুমার উদয়গী দমক্তদি ঐ মীনম্বা মা ঙাংলম্মোই হায়ব-সিদবু অমুক প্রমাণ চংখিগদ্রা?

করমচাঁদ—অত্থবু নং অসি অত্থগুম্বী পান্নাত্থমক্তি হায়বসি ঐখোই করন্না খঙগনি?

কর্নজি—ঐখোই তাদমক তায় পান্নাগী মমিং. শক হেক খঙবদি কনাস্থু য়াওদে।

করমচাঁদ—চিত্তোরগী কনাগুম্বা সর্দ্দারনা নংবু নশক খঙবা য়াওব্রা?

পান্না—ঐদি কোক্লুং মন্থুংতদা লৈবীনি, সর্দ্দারশিংগী মমাংদদি কৈদৌক্লুংদা থোক্ল্দে। কনানা ঐবু শক খঙবিরমগনি।

কর্নজি—অদুদি নংবু ঐখোইনা করম্না থাজগনি ?

বীরমল্ল-নংনা ঐখোইবু অন্নাবদা লংথনব লাং থাকপা নত্তে হায়বসি করম্না থাজগনি ?

(পান্না লুলুক্না তুমিন্না লৈখ্রে)

করমচাঁদ—হৌজিক্তা খঙলব্রা, ঐখোইনা করি মরমদগী নংনা হায়বদু য়াদ্রিবনো হায়বা ?

পান্না—ঐ অসি পান্নাদুমক্তি হায়না মতিক চাবা প্রমাণ পিবা ঙম্লবদি ?

কর্নজি—ঐখোই নংনা হায়বদু হরাওনা যাগনি।

পান্না—উদয়সিংহবু তেংবাঙবিবদা ময়াম্বক লেপ্লিগদ্রা ?

করমচাঁদ—মাবু সিংহাসন্দা থাঙ্গকুনা ঐখোইনা তৌখিবা ভবালগী প্রায়শ্চিত তৌগনি।

পান্না—চণ্ডীগী আসন শোক্তুনা য়াশকপিবা ঙমগদ্রা ?

( ময়াম্বক মন্দিরগী থাক শোক্তুনা, খুক-খুদক লৈতানা লৈবা )

কর্নজি—ঐখোই য়াশল্লবনি, ঐখোইনা চিংনবসি কোল্লবদি, রাজস্থানগী সর্দার তরানিখোইনা রানা উদযসিংহবু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎনবা থৌরাং তৌরকপদা, ঐখোইসু ঐখোইনা ঙম্বা তেংবাঙদুনা মায় পাক্নবা হোৎনগনি।

পান্না—অদু ওইরবদি তাবিয়ু সর্দারপুম্বা। লাক্লিবা ফাইরেলগী পুর্ণিমা নুমিত্তা রাজস্থানগী সর্দার তরানিখোইনা লাও-থোক্লগনি, মেবারগী থাঙ্গৈশেংবা রানাদি সংগ্রামসিংহগী মচা অতোম্বা উদয়সিংহনি, মীপোৎ হুরানবা বনবীর নত্তে।

কর্নজি—লাক্লিবা ফাইরেলগী পূর্ণিমাদা !

বীরমল্ল—পক্ষ অমা হেক লানবগা!

পান্না—ময়াম্মক্না তাকপিরি, ঐ অসি পান্নানি হায়বগী প্রমাণ পিবা ঙমক্লিবমখৈ ঐগী রা কনানসু থাজবিরোই লৌবিরোই হায়না। ঐহাক প্রমাণ পিজগে। অদুবু প্রমাণদু পিরবা তুংদদি, ঐ ময়ামসিগা রা ঙাংনবদি লায়রদুনা উনবা ফাওবা কদৌনুংদা ফংলরোই। অদুনা ঐনা হায়জগদবা রাপুম্বা ময়ামদা ঙসি হায়জরম্লগে! ঐহাক তাকথোক-চদ্রে উদয়গী লৈফম, হায়দোকচদ্রে সর্দ্দার ভরানিথোইগী মমিং ফাইরেলগী পুর্ণিমাদদি মখোইগা শোয়দনমক উনবিগনি। হুমিং অদুদদি সর্দ্দার ময়াম্না মখোইবু নিঙবা কায়বদদি থোকহনবিগনু।

কর্নজি—নহাকসি পান্নাদুনি হায়নবু প্রমাণ পিবা ঙম্লবদি, ঐখোই শোয়দনমক শেম-শাদুনা লৈগনি।

পান্না—তাবিয়ু সর্দ্দারপুম্বা! চিতোরগী মনুংদা মীশক অমথক্তুং-দদি ঐবু অশুক্কী মতিক চংথোম্না থঙই—মানা ঐবু অথাপ্পদগী হেক উবমক্তদা 'পান্না' হায়দুনা লাও-খোংদুনা চেনশিল্লক্কনি। তাজিন্‌মক্তদা শা থেংনরবদা শাদানবনা হরাওনা চেনশিনবগুম, ঐগী ইশক উবদা হরাওনা চেনশিল-লক্কনি।

কর্নজি—কনানো মীশক্তুদে?

পান্না—অতৈ নত্তে, বনবীরনি।

ময়াম—বনবীর!

পান্না—মানি, ঐগী ইচা হাৎপা বনবীর।

কর্নজি অত্থবু বনবীরনদি নংবু হেক থেংনবদা খুদক্তা হাংখিনি।
পান্না—অত্থনবু ঐনা হায়জগদবা রা পুম্বা মা'ঙ্গোননা হাযজ্ঞ-প্রিবত্থনি। হৌজিক্তি ময়াম্না ঐবু বনবীরগী মনাক্তা পুবিরো। খুদক্তা প্রমাণ অত্থম্মক ফংবিগনি। চিংনবা মচেৎ অমা ফাওবা অমুক লৈবিরবোই।
করমচাঁদ—অত্থ নত্তবা অতৈ প্রেমাণদি লৈত্রা পান্না?
(খঙহৌদনা মন্দিরগী মনিংদগী শীতলসেনী ফৎ থোক্লকই, অত্থগা হায়রকই .........)
শীতল—লৈ সর্দ্দারপুম্বা। ঐ খঙই হুপী অসিমক্তি ধাত্রী পান্না।
ময়াম—শীতলসেনী!
শীতল - (পান্নাদা খানা য়েংলগা, ময়ামদা ওনশিন্দুনা)
ঐনা তাবদি, ময়াম্মক চণ্ডী-পীঠদা পুজা কংলগা আহেন্নিয়াদা চৎপিগনি তাবনি। অত্থবু মফমসিদা ল'ক্লগা ঐহাক খঙলে, ফাইরেলগী পুর্নিমাদা ময়াম্মক শীকাব তৌবিগদৌরি হায়বা।
(খুবাক খুবা, খুৎলাই পায়বা লাম্মী অনি চ'লকপা)
হুপী অসিবু পুল্লগা হোজ্জিকমক লানবল মন্থংগী কৈশুমশঙদা পুখো।
কনজি শীতলসেনী, পুকচেল চাওরবী পান্নাবু ইকাইবা পিবা, ঐখো'ই যেংত্থনা লৈবা ঙম্মোই।
বীরমল্ল—সর্দ্দার পুম্বা! তুক্কচববী হুপী অসি ঙসি মচাগী মনাক্তবু হনপ্রবদি ঐখোই অমুক লিংকম লৈ'ত্রে।
ময়াম—ফারো—হাংলো—(থাং শত্তুনা হোৎচিল্লকপা)
(ফীংনা বনবীব চেনশিল্লক্কুনা ময়াম্বু থৎলবা)

বনবীর—কনাবু ফাগদোরিবা! কনাবু হাৎকদোরিবা!

( সর্দ্দার ময়াম চঙকুনা চপলেপ্পা, )

শীতল—( নোকমি নোকমি তৌনা, তপ্পা ) পান্নাবুনি ইমাগী ইবুঙো।

বনবীর—পান্না! কদাই!—( লৈহনা য়েংবা পান্নবু উবদা )

মানি, মসিনি পান্না।—( পান্নাগী কোক্তগী তোন ফাওবা শংত্রিক থানা য়েংলগা ) সর্দ্দারপুম্বা, পান্নাগী দায়ীপুম্বা ঐনা লোরে। পুল্লুবগী অমুক কান্নফম লৈতে—। লাও পান্না, ইতুং ইল্লকউ, লেংলশি ইমা।

( বনবীরনা পান্নাগা শীতলসেনীগা পুহনা চৎখিবা সর্দ্দার ময়াম ঙক্না য়েংহনা লৈহৌবা )

### ৩ শুবা উৎপা

চিতোরগী কোন্নুংগী কা অমা।

[ ফজরবা শনা হৎপা চৌকিদা শীতলসেনী ফম্লি, থাপ্লপ পান্না লেপ্লি, মখোইদগী মমাই লৈথোক্তুনা বনবীরসু লেপ্লি। ]

শীতল—হায়, উদয়সিংহবু কনাগী মনাক্তা থনম্মি?

পান্না—হন্না হন্না ব্রাহং অসিতমক হংবসি করিগীনো শীতলসেনী?

শীতল—ব্রা অসি খঙলগা নংবু থাদোক্লবা।

পান্না—স্বর্গ ফংহনগনি হায়রবসু ঐ তাক্লোই।

( ফীংনা বনবীরনা মমাই খংলৈ লৈশিল্লক্তনা হায়রকই······)

বনবীর—অহুগা হিংনা হিংনা নউলম্ব খোংপাক্লা নেন্তুনা খোক্লবদি—?

পান্না—অতুসু অতু মঙাই।

(বনবীরনা তপ্পা তপ্পা খানা য়েংতুনা চংশিল্লক্লগা)

বনবীর—নহাক্লমুকসু শোইদনা নথরাইতু মাঙবা তাত্রিমখৈ নপুকচেন্দু কল্লি। মতুংদা করি থোকখি কাওরব্রা?—

(বনবীরনা মমাগী কুক্ষম তান্না চংলগা তুং ওইবগ লেপ্লগা অমুক হায়রকই)

য়েংউ ইমা! নহাক্লমুকসু ঐনা হাংলগে হায়তুনা ছুড়ি হেক খাঙ্‌ংপা খুদক্তু মক্তদা মপুকচেন কনবপুম্বা খংমাঙ মাঙখিহুনা, মচাবু ঐগী থাংদোন্দা লংশিল্লম্লগা মথরাই হিংগ্রিবনি।

পান্না—ঙসি ফাওবা ঐনা কবিগীদমক্তা হুমিত্তু থরাই খাখিদ্রিবনো হায়বা নং খঙবা ঙমদ্রি মীহাৎপা?

বনবীর—মী হায়বসিমক্তবু থরাইদগী হেনবা লৈতে।

পান্না—অপঙবা নংতনি অতুম্না খল্লিবা।

(শীতলসেনীদা) নচাবু মীহাৎপদমক তম্বিরব্রা, মবৌশিং লৈনবদি খক লাক্লবিদ্রবরা?

শীতল—ঐগী ইচাদি নঙোন্দগী হেন্না লৌশিং লৈবন', নংনা নশাগী ওইজবা খাদোকপনি হায়না অরেম্বদা নাপল তৌরিবতু, থৌ-রা ওইনা লৌবিদে।

পান্না—নাপল!

শীতল—নচাগী মথরাই মাঙহনগ্রবসু নংনা উদয়সিংহবু কল্লে হায়বসিদি মীনম্বা রানি।

পান্না—মীনম্বা রা!

শীতল—মানি মীনম্বনি নত্রবদি নহাক উদয়সিংহগী লৈকম তাকপা ভমন্ত্রিবা কন্নিগীনো ?

পান্না—নহাক ননাকোংমক্লা তারক্লেদনা মহাক কৈদৌঙৈ মশক উৎলগদগে হায়বা।

শীতল—অতুবু অথৌবা তরানিথোইগা ভীল লিশিং মঙাখক্কা পুতুনা চিতোরদা লান্দারকপা মতমদা, মহাকপু থাঙ্গৈশেংবা রানা সঙ্গী মচা অতোম্বা উদয়সিংহনি, য়োকচবী পান্নাগী মচা কনক নত্তে হায়বসি কনানা প্রমাণ তৌবিগনি ?

পান্না— হুমিৎ থোক্লকপবু প্রমাণ অমুক চংকম লৈগদ্রা শীতলসেনী ?

বনবীর -মেবারগী প্রজানা ধাত্রী পান্নাগী মচাবু রানানি হায়না হেক য়াগনি হায়বসিদি নমঙদা ফাওবা মঙলুনু।

পান্না—মেবারগী প্রজাশিংদি মতুদগী হেন্না শাথীরবা মরাল লঙজরে, মীনাই গুপী মচা অমবু রানা ওইহল্লুতুনা। অতনা মথোই প্রায়শ্চিত্ত তৌনবা শেম-শারবনি।

বনবীর--অথৌবা তরানিথোইনা চিতোরদা লাকপা মতমতুদা ?

পান্না—ঙম্নবদি নম্বা নচা অতপী হুমিঙ্গা নশা কন্নক্কা হোৎনজো।

বনবীর -নংনা লাংক্ষরিবত্ মহে থক য়াল্লোই পান্না ! নংনা খল্লি, নংগী নচিন্দগী অথৌবা তরানিথোইগী রাসি তাবদা, ঐহাক তৌজিকমক লৈপাক-শীম্না মীহাৎ-মীপুন তৌতুনা প্রজাশিংগী মখরাইদা হুংঙাইতবা পোকহনগনি, অতুগা মতুগী খুদোং চাবত লৌতুনা নংনা নংগী নচা কনকপু উদয়সিংহনি হায়জিন্দুনা সিংহাসন্দা থাঙ্গৎকনি অসিনি। মতু ঐ কৈদৌহুংদা থোকহল্লোই। অথৌবা তরানিথোইবু ঐ শুকথিং

থিংলোই, চিতোরগী সর্দ্দারশিংবুসু দণ্ডি পিরোই, সুথোঙ লাওনা হাংদোক্কুনা খুৎলাই য়াওদনা ঐ লেপ্পুনা লৈগনি। ঐনা হায়গনি, সিংহাসন লোগে হায়রিবা মীশকসি থাঙ্গৈশেংবা উদয়সিংহ অত্তুমক্কি হায়বগী প্রমাণ পিয়ু, পিবা ঙম্লবদি ঐ সিংহাসনসি হেক্তমক থাদোক্কনি। কনানো মহুদা প্রমাণ পিরগদবা? সর্দ্দার অমতসু চোংথোক্ক্লোই, প্রজাশিংসু ঙম্লোই, কোম্লুংগী মীশিংসু মতিক লৈতে।

শীতল—কনানসু প্রমাণ পিবা ঙমদ্রবনিনা নিংথৌ-শেম্বগীদমক নংবুসু নচাহুবুসু মীয়াম মমাংদা নথরাই লোগনি। মগুগী মহৈদি, নচাবু মথরাই থাঙহন্নুনা শিশোদীয় শাগৈ কল্লে হায়না নাপণ তৌজবা শারিবত্ত অহাংবা মালংদা অতুম্মক তিনগ্রগনি।

পান্না—থাঙ্গৈশেংনমক নংসি হিংচাবীনি শীতোলসেনী।

(চম্পা চংলকপা)

চম্পা—বনবীর!

বনবীর—করিনো চম্পা?

পান্না—(ঙক্লা) চম্পাবাঈ।

চম্পা—ইমা-মপী। (চেনশিন্দুনা পান্নাবু কোনবা)

ঐনা তারিবসি অচুম্বরা ইমা-মপী?

শীতল—নিংথৌগী মজ্জা ইবেম্মা! নিংথৌগী থবক পাঙথোক্লবা হোৎনবদা, ঐথোই নংগী ওৎ-নৈবদগী ঙহাক্তা নাম্থোক্লবা মতম ফংলরোইদ্রা?

চম্পা—বনবীরনা ঐবু কোম্লুংগী চৎনিংবা মফম খুদিংমক চৎপা

য়াগনি হায়।

বনবীর—চম্পাদি মীগী য়াথং ঙাকপা মপোকচৈদগী হৈনরক্তে ইমা।

( হায়রম্মগা বনবীর ফিংনা চৎখিবা )

চম্পা—খুড়া ইবুঙো হিংলি হায়বসি অচুম্বরা ইমা-মপী ?

পান্না—অচুম্বনি ইবেম্মা! আতিয়াদা থোক্লিবা নুমিৎ-থাগুম লেঙত্রবনি।

শীতল—কনাবু হিংলিবা ?

চম্পা—রানা উদয়সিংহ।

শীতল—ও--। ( হায়রগা শংত্রিক য়েংলগা চৎখিবা )

চম্পা—ইমা-মপী, নচাদা নংগী খুয়াগী ঊফুল পিনবিয়ু। ( নোম্থবা )

পান্না—( থামহনা ) করিনো করিনো, তৌহৈদে ইবেম্মা।

চম্পা—মেবারগীদমক মশাগী ওইজবা কয়া কয়া থাদোক্লখি, অহুবু নংগুম্বদি য়াওখিদ্রি ইমা।

পান্না—অহুবু হৌজিক ফাওবা মীহাৎপনা সিংহাসন্দা ফম্লি, অদুনা ইথৌ পাঙথোকপা ক্লোইদ্রি।

চম্পা—নহাক মফমসিদা করিগীদমক লাক্লিবনো ? মখোইনা নংবু কৈদৌঙ্গুংদা থাদোক্লরোই।

পান্না—থাদোক্তসনু কৈদৌবগে। মখোইগী কৈগুমশঙসিবু কয়া কুইনা তেক্তা কায়দনা লৈখিগদগে ?

চম্পা—মখোইনা নংবু অরা-অনা কয়া পিরগনি ইমা-মপী।

পান্না—অসুক কুইনা ঐনা থাঙলক্লিবা অরা-অনাসিদগী অমুক হেনবা অমা মখোইনা ঐঙোন্দা পিবা ঙম্মোই।

চম্পা—ঐখোইতমক অরাবা ফংবা নত্তে ইমা, বনবীরনু রাবগী

মপাল অমুক নাইদ্রে। বনবীরবু নহাক ঙাকপিবা থক ঙম্লরোইদ্রা ?

পান্না ঙাকপিবা। নহাক্তি ঙম্লবরা ?

চম্পা ঙমদ্রি।

পান্না— অতুদি ঐসু করিগী ঙম্মুফম থোকই ?

চম্পা নংনা ঙম্লে খঙলবদি, ঐসু নঙোন্দগী তমজহনা ঙম্লবা মহোৎনগদবনি।

পান্না—ভগবান্না পাঙ্গলহ পিনবিরবদি নোংমা ঙম্লকপসু ময়াই।

(লান্মী অনিথক চংলকপা)

চম্পা—নথোই করিগী লাক্লিবনো ?

লান্মী—বন্দিনীবু কৈশুমশঙদা পুননবগীদমক।

চম্পা—কৈশুমশঙদা মাবু থম্বা য়ারোই। ঐহাক রানাগী য়াথং লৌরুথিগে, নথোই ঙাইহাক্তং ঙাইরমথো।

(চৎকে তৌবা, শীতলসেনী চংলকপা)

শীতল—নিংথৌগী থবক্তা য়ৈথাইনা পিগনু মজা ইবেন্মা।

(চম্পা চপ লেপ্পা)

(লান্মীশিংদা) বন্দিনীবু পুত্রো চৎলো ! লাম্লক্লবসু পিজগনু; খৌরাংলক্লবসু পিথক্নু, তুম্লিংলক্লবসু তুমহনগনু।

পান্না—নং খঙদ্রমাল্লে শীতলসেনী, তুমিৎ কয়ানি চরা হেন্দুনা উদয়বু কোল্লগা চিংহুং-মান্নুংদা লম কয়া মথং মথং লাম্হোক্লকপা, নথোইনা থারকপা মীহাৎপশিংগী মথুক্তগী উদয়বু কন্নবা, অহিং কয়া নারক-শিংলক্তা মিৎশেল খাঙলকপা।

(হায়না হায়না লান্মীশিংগা চৎমিন্নখিবা)

চম্পা—ঐবুসু কৈগুমশঙদা থম্মো শীতলসেমী।

শীতল—তাঞ্জানা য়ারক্তুবদি মতুসু শোয়দনা থোক্কনি।

( হায়রম্মগা শাওনা চৎখিবা, চম্পা কপ্পা লৈহৌবা। )

## ৪গুবা উৎপা

### বনবীরগী কা

[ বনবীর হঙ্গৎহন্দা চৎলি, থাপ্পপ আপ্পা, রাঘব, নবকিশ্বর মখুৎ লোন্নতুনা লেপ্লি। ]

বনবীর—ঐগী অতৈ য়াথং অমুক লৈত্রে।

আপ্পা—লাম্মীশিং লানশঙদা লৈত্রে প্রভু।

বনবীর—মখোইবু লাঙ্গোল লৈরগা পিয়ু, মতুনা হেন্না লৈপাক্কী য়াইফবা ওইগনি।

রাঘব—প্রভু! লানবলগী থাঙ্গপাৎ অসি ফুঞ্জিল্লক্লে। অমুক্তং তৌ-খোত্তুনা শেমজিনবনা ফগদ্রা ?

বনবীর—ঐগী লানবলদি মীনা লাকশীনবা ঙমদ্রবা লানবলনি। থাঙ্গপাৎকী অমুক কান্নক্কম লৈতে।

নবকিশ্বর—লৈবাকসিগী য়োৎশুবা পুন্না থবক তৌ হায়বা য়াদ্রে। খুৎসু-খুৎলাই শাবা লেপ্লে।

বনবীর ·খুৎসু খুৎলাইগী মতুত্তা শাস্ত্র পুরাণতুম্ নৈনতুনা লৈয়ু। নপুন্সিগী কান্নবা ওইগনি।

রাঘব—খাজনাসু চাং নাইনা কাদ্রে।

বনবীর—লৈবাকসিগী মপু কনানো হায়না খন্নরিঙৈ মতমসিদদি খাজনা কারক্তবা ময়েক্কা তাবনি।

রাঘব—দেবিনা রানাদা হজৎনু হায়না ভাকপিরকই।

বনবীর—দেবিদি কৈদৌঙুংদা চুমদবা থবক তৌরোই, মরমদি দেবিদি ঐগী ইমানি।

আপ্পা—রাজস্থান শীন্থুংনা হৌজিক পূমলাঙ-লাঙথ্রে হায়না তাজে।

বনবীর—রাজস্থানগী রানাসু ঙসি য়াম্না ইংনা তপ্না লৈরি হায়না খনব্রা ?

( চম্পা চংঙকই )

চম্পা—বনবীর !

বনবীর—চম্পা, লাও চংলকউ। ঐহাক নংবু উননিংহুনা লৈরম্লিবনি।
( অতৈ ময়ামদা ) চংথ্রো চংলো নখোই ময়াম।

( ময়াম্মক চংখিবা )

চম্পা ! রাজস্থান অসি পৃথিবীগী কয়ামুক চাওবা শরুক্নো ?

চম্পা—ঐদি খঙদে।

বনবীর—অঙকপনি, ঐসু খঙদে। মেবার, চিতোর, রানাগী সিংহাসন, পুন্নমকসি পিকথ্রবা পোৎশক ঙাক্কনি। অদুবু মখোইসিবু কয়াদা চাওহন্নবা হোৎনথ্রবা ! মীবু বলি তৌনবা শাগুম থম্বা পান্নরি। করিগীনো ? করিগীনো ? নং হায়বা ঙম্বা মসিবু করিগীনো ?

চম্পা—নহাক ঙসি নপুক্লিং ইথক-থক্কৎপগুম্না উই বনবীর।

বনবীর—নংগী নপা ইবুঙোবু মথরাই লৌবা গুমিত্তুদা ঐহাক করিমতা থক্কৎতে, নংসু উরিবদু মঙাই। অঙাং হাৎপা মতমদা ঐগী খুৎসি নিক্তে, ঐগী পুক্লিংসি খুক্তে। চিতোরগী লম্বেল খুদিংদা ঈনা খোং ওইনা চেনবা মতমদসু থরাই

শোকপনা ঐগী মিৎসি উইশিন্দে,— অদুবু ঙসিদি,—লেঙদ্রবা মৈরিঙ্গুম, মীওইবীরা লাইরেম্বীরা হায়বদি থঙদ্রে, মৈগুম্নবী শক্তমতু উরুবদগী ঐগী থরাইসি তনিক তনিকপ্লে।

( চম্পাগী মখুৎ পান্নহনা মথবাক্তা থম্নগা )

য়েংউ চম্পা, ঐগী থবাকসিদা নখুত্তু থম্বদা পুক্নিংগী ফীভমসি থঙগনি।

চম্পা—নংনা হায়রিবতুবু কনাগী মানো বনবীর ?

বনবীর—পান্নাগী।

চম্পা-মাগী রা হায়গে হায়দুনা ঐসু ননাক্তা লাক্লিবনি।

বনবীর -পান্নাগী রা ঙাংনবা নত্তনা ঙসি মেবারদা অতৈ কনাগী রা অমুক ঙাংনবা লৈখিদ্রে। মেবার, চিতোর, সিংহাসন, পুন্নমকসি পান্নাগা চাংদম্নরুবদা করিসু লৈত্রবা কান্নদ্রবা পোশক ওইগ্রে।' অদুবু খ্বাইদগী হেন্না ঙকপদি—অদুম্বা মেবার অতুগীদমক, মেবারগী অদুগুম্বা সিংহাসন অতুগীদমক, পান্নানা মাগী মচাবু বলি কৎখি। লেঙদ্রবা অখাঙ-কনবগা লোয়ননা রাজস্থানগী মফম খুদিং কোয়চৎ চত্তুনা চুমদবগী মথক্তা অচুম্বগী রাকৎ শন্দোক্লুই। লৈখা তাগ্রবা, মথৌ কাওগ্রবা সর্দ্দারশিংবু অমুক মঙক হাইগৎহন্দুনা মহাক তন্না হল্লক্লে চিতোরদা। চিতোরনদি মাবু মশক খঙবিরমক্লে, প্রমাণ তাক্লে। মহাক্না হায়, মাবু মশক খংবদি বনবীর মথন্তুনি। তারবরা চম্পা, মহাক্না হায়, মাবু মশক খঙবদি বনবীরনি, মচা হাৎপা বনবীরদো, মাবু হাৎনবা থাং থাঙ্গত্তুনা লৈরিবা বনবীরদো। মশাগী মশক তাকহন্নবগীদমক বনবীরচুগী

মমাংদা নিংঙাইদনা লৈপ্লে লেঙত্রবা ঙাল্লবা মৈরিঙম। ঐনা তথক্লবা মৈয়ানবীগুম, চোংশিন্দুনা মুথংকে লাক্লকই মৈরিহুবু। অহুবু কদায়? মুথংপদি লায়য়হুনা ইশা পুম্বা চাকপ্রে, থম্মোইসি তনিক তনিকপ্রে। ইশানা ইশাবু কাথজবা ঙমজে।

চম্পা—ঐনা লাক্লিবসি মাবু থাদোকপা ইয়া-ময়ায়রোইদ্রা খঙনিংহুনা লাকপনি।

বনবীর—মতুগী য়াহুদি মহাক মশাদা অহুম্মক লৈজে।

চম্পা—অহুবু নখোইনদি মাবু কৈশুমশঙদা থমপ্রে।

বনবীর—মসিসু কয়াদা নোক্লিংগ্রবা য়ানো খন্দুনা য়েংউ চম্পা। মপুল্লিদা অফা-অপুন শুকচং চংত্রবা মীশক্তুবু ঐখোইনা সুঙগী কৈশুমশঙদা ফাজিন্দুনা থম্লবা হোৎনরি।—ঐখোইনা অমুক্তসু হন্না খল্লুদে, মাবু থাদোক্লবগীদমক কৈশুমশঙগী সুঙশিংহু মথন্নতা চেকখাইজরক্কনি হায়বা।

চম্পা—নহাক ঐনা হংলিবা য়াগী পাওখুমদি পিত্রেদনা?

বনবীর—ঙসি ঐগী পুক্লিংসি ইরাঙ লাঙপ্রে চম্পা।

চম্পা—পান্নাবু থাদোকপসি য়াররোইদ্রা?

বনবীর—করিগী য়ারোই।

চম্পা—মহুদা নখোইগী শাথীনা অমাঙবা ওইগদ্রা?

বনবীর—মাঙবা! করিসু মাঙলোই।

চম্পা—অহুদি মাবু থাদোকপিগ্রো।

বনবীর—শোইদনমক থাদোক্কনি। (হায়না হায়না চৎনবা খোঙকাপ অমা অনি থাংলুবা, অহুদগী খংলেপ লেপ্তুনা)

করিগুম্বা মতুগী পাম্বে লৈরবদি—।

চম্পা – নংমক্না রাহৈত্থু হায়রিবা !

( বনবীরনা অমুক হঙ্গিল্লক্লগা......... )

বনবীর – ঐগী ইমাবু নং নিংথিনা খঙলেদনা। পান্নাবু থাদোকপসি মানা করিগুম্বা পান্নমদবা থোক্লবদি, ঐগী য়াথং ঙাকপিনবা ঙসি শন্ত্রী অমা ফাওবা থিবা ফংলোই।

চম্পা—( করেম্নবা ) অঙকপগী রাণা মওইনি !

বনবীর– নংনা হায়রিবা খোন্থাংত্থগা ইরোয়ননা চপ মান্নরবা খোন্থাংদা ঐস্থ হায়রি চম্পা, অঙকপগী রাণা মওইনি ! অঙকপগী রাণা মওইনি ! হা: হা: হা:—

( নোক্ল-নোক্লত্থনা বনবীর মপান্দা থোকখি, চম্পা ঙক্লা মঙোন্দা য়েংত্থনা লৈ–, তাঞ্জাসিদা জগমলনা ফজরবা লৈ অঙাংবা অমা পায়রত্থনা তপ্না তপ্না চংঙকই )

জগমল চম্পা ! নংবু কপ্লিবরা ?

চম্পা—( থংবোই-লাকপোই )—করিগী কপকদৌরিবা !

জগমল—হৌগ্রবা খোদোক নিংশিংত্থনা মতম চুপ্পদা নংদি মাইথোং লাংশিন্দুনতা লৈ।

চম্পা—খোদোক্তুবু কাওবা য়াবা রাফল্লা জগমল !

জগমল—নিংথম থাগী ঙন পুরবা হুংশিংনা শরু-ফাঙনা নিংথমখি হায়ংনা, বসন্তগী নিংথিরবা মতম্থু খোঙ থুৎ পুনশিন্দুনা লেন্নব্রনে মীওইবনা ?

চম্পা—অসুম্বা রাহৈ রাতাদি নহাক কদাইদগী তম্লুই জগমল ?

জগমল – নংগী চেংলোত্থ মিৎ কুপ্তনা অসুম য়েংজবদগী।

চম্পা—নহাকপু জগমল—!

জগমল—ঐহাক নংবু পাপকী মফমসিদগী পুথোক্নুনা চংনিংই চম্পা !

চম্পা—নং মতু ঙমগদ্রা জগমল ?

জগমল—ঙমগনি। চিতোরগী রাংমদা, চিংথক্তা, ফজরবা লৈকোলগী য়ুম অমদা —।

চম্পা—করি হায়বা জগমল।

জগমল—মফমতুদা নহাক্না ঐহাক্কদা —!

চম্পা—নহাক্না ঐহাক্কদা !

জগমল—দেবিনা তাকপিরে, পূম্নমক মহাক্না ফনবা শীনবিগনি হায়না।

চম্পা—কনা দেবি ! কনানা তাকপিবা !

জগমল—দেবি শীতলসেনীনা।

চম্পা—দেবি শীতলসেনী !—ও, দেবিনা নহাকপু মান্না চানবিবোইরে !

জগমল—মহাক্না চানবিবদি অরাবগী মশক্তি হায়বসি ঐহাক খঙদবা নত্তে চম্পা। অদুবু করি উপায়দি লৈ ? তাঙ্গা চাবা ঙাইদুনা তুমিন্না খাঙবদা তাই। অদুগা মসিমদি খঙই, ঐখোইগী মুংঙাইগদবা মতম য়ৌরক্লে, উদয়সিংহ লাক্লগনি খোঙমী লান্মী পুরদুনা।

চম্পা—উদয় য়ৌরক্লগদবা !

জগমল—মহাক্না লাক্কদবা মুমিত্তু, ঙাইদুনা ঐখোই লৈরুরি ঐখোইগী চিক্লবা চিংথকী লৈকোলদুদা। চম্পা ! সে—লৌ-

( লৈ পিবা ) দেবিগী লৈকোলদগীনি, মনম নমত্রিবনি। নঙোন্দা খুদোলপোৎ ওইনা কৎকে হায়দুনা পুরক্লিবনি।

( চম্পানা লৈদু মুন্না য়েংলগা লৌবা )

চম্পা অসিগুম্বা লৈদি অমুক্তসু উখিদ্রি।

জগমল—ঐসু উদ্রি। দেবিনা হায়, মসিদি স্বর্গগী লৈদগীসু হেন্না মনম হুংশি। ঐগী নিংজবা লাইরেম্বীদা কৎকে হায়দুনা মনম নম্লক্তিবনি।

( চম্পানা লৈদু মনম হেক নম্মি, অদুদগী শুক্কোক্কুনা......... )

চম্পা—করি লৈনো নংনা ঐঙোন্দা পিরিবসে জগমল ?

( লৈ হুন্দোকখিবা )

জগমল—করিগীনো চম্পা ! কৈদোরে !

চম্পা—ঐগী খোনাওসি কংথ্রে.........ঐহাক য়াম্না রারে.........

জগমল...... .....জগমল..... ...... ঐহাক করিমতা উবা ফংজিল্লক্তরে।

জগমল—মজা ইবেম্মা, ঐদি ফত্তবা রাখল করিমতা লৈজদে। মজা ইবেম্মা—!

চম্পা খিন্দনা......বনবীরবু কৌরু। মঙোন্দা হায়,......ঐহাক থরাই থাবা তারে.........।

জগমল—য়াম্না রারবরা চম্পা ?

চম্পা ঐহাক........খিল্লরোই শিরগনি। বনবীরবু অমুক্তা কৌরকউ.........জগমল !

জগমল—হৌজিকমক কৌরুগে চম্পা !

( চৎকে তৌবা, শীতলসেনী ফিংনা চংলকপা )

শীতল—( কম্না ) কদাইদা চৎলিবনো অপঙবা !

জগমল—মজা ইবেম্মসি মশা য়াম্না ঙনদ্রে দেবি !

শীতল—নংদি নশা ঙমদবা করিসু তৌদেদনা ! অহুদি ঙাইখো ।

চম্পা—শীতলসেনী......... ঐনা তৌবিবসি করিনো ?..... ...

ঐ......ঐ... ..স্বব হোনব ঙমশিল্লক্তবে ... . ঐগী থবাকসি ......প্রোক প্রোক চাকশিল্লক্লে ।... ..লৈ অমা......মনম নম্মুবদগী......করিনো তৌরিবসিবো ?

শীতল—লৈ ! কনানা পিবিবা ।

চম্পা—জগমলনা ..।

জগমল নংনা পিনবিবা লৈহুনি দেবি !

শীতল—অপঙবা !—( চম্পাদা ) য়াম্না রাববা মজাইবেম্ম ?

চম্পা—নং......ঐবু .. ..অমুক্তা হিংহল্লু শীতলসেনী ।......অমুক্তা হিংহল্লু . ...। ফাইবেলগী পুর্ণিমা ফাওবতদি ···· ঐবু হিংহল্লু ।

শীতল—ফাইবেলগী পুর্ণিমা হাঃ হাঃ হাঃ......( নোকপ' )

চম্পা—উঃ.........শীতলসেনী ! হুঙপা প্যাংথক্লিদকো.. ... নংগী থম্মোইসে জগমল ! ·· বনবীরবু কৌরকউ

শীতল—বনবীর কৌরুবগা নংগী করি কান্নকম লৈ ?

চম্পা—মাঙোন্দা রা অমতং......হায়রমগে ।

শীতল—করি রানো, মতু ঐ খঙবা য়ারোইদ্রা রাণাগী মজা ইবেম্ম।

চম্পা—ঐহাক মঙোন্দা খঙহন্নিংই......মাবু......মাবু ...এন ঙাকপিরবনি ।......বনবীর......... ! বনবীব...... ! ( চম্পা শিরে, শীতলসেনীনা মনাক্তা চংহুনা কুপ্থহুনা মুম্না যেংই )

শীতল—মজা ইবেম্মসি তেংবানগী কনানা কৌবদম্সু অমুক খুম্নক্লরোই।

জগমল—মজা ইবেম্মা! মজা ইবেম্মা! ওম্বোকপনি লাইবকথিরবী! (কপ্পা কপ্পা মনাক্তা চংতুনা ফম্বা)

শীতল—হৌগংলু লাইবক কবা! লৈসি খুনগংলু।

(জগমল ফিংনা থাপ্লপ চেম্বোকপা)

জগমল নত্তে, নত্তে, লৈ অসি ঐ অমুক শোকপা ওম্মরোই।

শীতল—(কম্না) খুনগংলকউ লৈ অসি।

জগমল—(কিনা) ঐবুম্সু লাংহগে খল্লব্রা শীতলসেনী?

শীতল—লৈসি ঐনা পিবনি হায়বগী সাক্ষী লৈরিবসি তেংবাম্বা নং নথন্তনি। অতুনা নংসু হিংবা য়াদ্রে। খুনগংলু লৈহু।

(জগমল কিনা কিনা চংঙকুনা লেপ্তুনা লৈ)

নং শোয়দনমক শিরগদবনি জগমল! হৌজিক নংনা অপাম্বা হায়ু, লৈহুংগী অরোনবা কাদা মীহাৎপনা য়োংচৈ শানা ইক্লগা হকচাংগী মফম খুদিংদা থিলহন্তুনা শিবনা পাম্বা, নত্রগা মঙ্কমসিদা, রাণাগী ফজরবা কা মন্থুংসিদা, ফজরবা লৈসিগী মনম নম্না নম্না অশিবগী তম্পাক্তা চিক্লা য়াতাখিবনা পাম্বা?

জগমল—নত্তে নত্তে, ঐ শিবা ওম্লোই, ঐ শিবা পামদে।

শীতল—রাণাগী মচানুপীসিদি মশানা পাম্না শিনিংতুনা শিথ্রিবরা? খুনগংলু লৈসি।

(বনবীর চংলকপা)

বনবীর -কনাদা লৈ পিনবিহুনা আশীর্ব্বাদ তৌবিরিবনো ইমা?

( জগমললনা ফিংনা চেনশিল্লক্ল্না বনবীরগী মখোঙ কোল্লগা আকিবা খোম্বাংনা হায়রকই · )

জগমল—রাণা ! ঐবু কনবিয়ু রাণা ! ঐবু কনবিয়ু ।

বনবীর—কনানা নংবু হাৎকে খোরাংলবগে জগমল ?

জগমল—লৈ অসি নম্মুবদগী চম্পাগী মথল্লাই থাগ্রে।

বনবীর—কনা হাযবা ! কনাগী মথল্লাই থাগ্রবা জগমল !

( হায়না হায়না জগমলবু মঙক লাক্লনা চিংখৎলগা মাইথোংদুদা মুন্না শংত্রিক য়েংলকই )

জগমল। —চম্পা— ।

বনবীব—চম্পা । — ( জগমলবু ইম্ববম্মগা য়াম্না ফিংনা শীতলসেনী মনাক্তা চংলদুনা ) চম্পা কদাইদা লৈ ইমা ?

( শীতলসেনী মা ঙাংদে, খুদোনবীনা থিন্দুনা চম্পানা তুবিবদু উৎলকই )

চম্পা। চম্পা । — ( মমাই লুকখদুনা খুরু খুদক কুগা চম্পাবু য়েংই, অদুদগী খানা শীতলসেনীবু য়েংলগা থাপ্লপ তাবিবা লৈদু খুনগে তৌই )

শীতল — ( কীংনা ) নস্তে নস্তে। ইমাগী ইবুঙো ! লৈদু পাযরুগম্মু লৈদু পাযরুগম্মু —

( বনবীরনা তপ্পা তপ্পা লৈদু খুনগৎলি, মুন্না য়েংই, মতুংদা মপি ইবা চেন্না মমাবোমদা খানা শংত্রিব য়েংলবই )

বনবীর—মরাইবক খিববী চম্পাবু হাত্তোকপিত্রবদি নচাগী সিংহাসনসি নিঙথাইখিবদা তাববনা ইমা !—

( অসি হায়বম্মগা লৈদু পুদুনা মফমদুদগী য়াম্না ফিনা থোকখ্রে। )

শীতল —( অকিবা খোল্লাওনা ) বনবীর ! বনবীর । —বনবীব ! --

( হায়না কোব কোয়দুনা অঙাওবীওম বনবীরগী মতুং ইম্নদুনা চেনখি )

২—৫

৫ শুবা উৎপা

দরবার কক্ষ।

[ সিংহাসন থাত্নুনা লৈ। বনবীরনা সিংহাসনলোমদা মমাই ওনশিল্লহনা মখুক্তা লৈহ্নু পায়না পায়না তুমিল্লা লেপ্পুনা লৈ। বনবীরবু কোর-কোরহুনা ফিংনা শীতলসেনী চংলকই। ]

শীতল—বনবীর! বনবীর। খুত্তুগী লৈহু হুন্দোকখ্রো বনবীর। ঐ কিবনা লৈফম খণ্ডদ্রে।

বনবীর -কিবা! নংনবু অকিবা পোকপা! অহুম্বা রাক্ষমদি ঐ কৈদৌন্নুংদসু তাখিদ্রি।

শীতল—লৈহু হুন্দোকখো।

( তপ্না বনবীরনা মমাগী নাক্তা চংশিল্লকই )

বনবীর—চিঙলক্তুদা শাৎপা লৈসি করম্না কোন্নুংসিবা লৈরম্লিবনো ইমা?

শীতল—জগমলনা পুরকপনি।

বনবীর—লৈসি শাৎপা চিঙলক্তুদা জগমলগুম্বনা চৎপা ওম্বগী মতিক লৈতে।

শীতল—জগমল মশামক্না লৈসি চম্পাগী মখুত্তা পিবনি।

বনবীর—মখুত্তা পিবদি জগমল ওইরম্ব য়াই, অদুবু পুরকপা মীশক্তি কনানো?

শীতল—জগমলনা খণ্ডমগনি।

বনবীর—নংদি খণ্ডদ্রা? ( শীতলসেনী খুমদে )

ইমা! ঐগী পুক্সিসিদা কৈদৌন্নুংদা অরোনবা লোনচং

চৎলক্তি নংগী নক্কমদা। নংসু ইমা, নচাগী মকখদা মীনম্বা ন্না ভাংবিগনু।

শীতল—হায়া লৈ অত্থ হন্দোকখো।

বনবীর—হন্দোক্কনি। অত্থবু মতুগী মমাংদা চাং য়েংখিগনি কয়ামুক মাঙনা-তাক্নবগী শক্তি লৈবগে মসিগী মনমদা।

( হায়না হায়না লৈত্থ মনাতোন মনাক্তা পুশিল্লকই )

শীতল—নত্তে নত্তে বনবীর, নম্মুনু।

( অসি হায়বগা লোইননা বনবীরগী মখুত্তগী লৈত্থ কত্থখি। বনবীরনা মমাদা শংত্রিক য়েংই...... )

বনবীর—ঐ করিমতা অমুক চিংনবা লৈত্রে। হু চেল্লবা লৈসি নংনা পুরকপনি চম্পাবু হাৎননবগীদমক। জগমলবু পিহনবনি মাগী মথক্তা দোষ ইনশিন্নবা। ( খানা মমাবু অমুক য়েংই )।

নংসি ঐগী ইমানি। নৎলমদ্রবদি—।

( শীতলসেনীনা তুংলোমদা খংহন-হন্দোক্লগা )

শীতল—নৎলমদ্রবদি—?

বনবীর নৎলমদ্রবদি—( হায়না হায়না মমারোমদা ফিংনা চংশিল্লি, অত্থদগী খংলেপ লেপ্লগা চাক্লবা খোম্থাংদা )

ইমা! ইমা! করিগীদমক্তা নংনা থবকসি তৌরুরিবনো ইমা!

শীতল—নংদি করিগীদমক্তা নিংথৌ হাৎলিবনো, অঙাং হাৎলিবনো বনবীর? করিগীদমক্তা নহাক লম্বী শোরোকপুম্বা মীগী ঈনা তাওথোকহল্লিবনো?

বনবীর—করিগীদমক্তনে! করিগীদমক্তনো! করিগীদমক্তা পুম্নমকসি তৌরুরিবনো, নংহায়বা ভমৃত্রা ইমা? হায়বা ভমৃত্রা, মী

ঐহাক্না করিগীদমক্তা অসুক তমখীরবা শা ওনব্রিবনো ?

শীতল—ইশাগী ওইজবা ফংনবা।

বনবীর—ইশাগী ওইজবা ফংনব !

শীতল—ইশাগী ওইজবা ফংনবগীদমক, সিংহাসন কানবগীদমক, নংনা মশীং লাকচুমত্রবা মী হাত্তুনা নম্যাগী লুংশিবা ফংনবা হোৎনবদি য়ারগ, মমানা মচাগী সিংহাসন লেঙদনা থম্নবগীদমক করিস্তু লৈত্রবী লুপী মচা অমা হাৎলুই হায়তুনা মচাগী লুংশিবত্ত ফংক্কম থোক্লুবরা ?

বনবীর—অতুম্বা চম্পা,—চম্পাদি সিংহাসন ফংনবগীদমক ঐগী মাইয়োক্তা লেপ্পবী লুপী নত্তে।

শীতল—করিগী কাওথোক্লিবনো বনবীর ! উদয়সিংহবু মশক খঙবা মীশক্তি চম্প মথক্তনি। করিগী কাওথোক্লিবনো—ঐখোইনা উদয়সিংহবু পান্নাগী মচা কনকনি হায়না প্রমাণ তৌতুনা, পান্নানা হোৎনজরিবা পুম্বা অরেম্বদা তাহন্নবা হোৎনরি হায়বা।

বনবীর—অতুগীদমক্তা নংনা চম্পাবু হু নমহন্দুনা হাৎলিবা !

শীতল—ঐ ইশাগী তোংজনবা নত্তে।

বনবীর—ওম্মোকপনি, ইমা ! নংনা পোকপা নচাবু লুংশিবিরিবা অসিগী শরুক থজিক্তুং, অতৈ মীতোপকী মচাবু লুংশিবিবা ওন্নব্রবদি, ওসি পান্না হায়বীসি নংগী নক্কমদা করিস্তু লৈত্রবী অমা ওইরমগদবনি। নং মাবু করিমত্তা অকিবা লৈরম্লোইদবনি।

শীতল—পান্নাবু কিবা !

( তাঙ্গাসিদা মপান্দা মী ময়াম কোইরাঙ লাঙডকই, রাঘব ফিংনা চংঙকই )

রাঘব—প্রভু, চিত্তোরগী সর্দ্দারশিংনা কৈশুমশঙ কোয়শিনগ্রে। পান্নাবু থাদোক্লবা হোৎনগ্রে।

শীতল—পান্নাবু থাদোকপা!

রাঘব—সর্দ্দার পুন্নমক্লা মাবু থাদোকনি হায়রে।

শীতল—লানবলসিগী লাম্মীশিংবু খুৎলাই পায়ভ্রবরা রাঘব?

রাঘব—মখোই পুন্নমক রাণাগী য়াথং ঙাইহুনা লৈরে।

বনবীর পান্নাবু থাদোকপ্রসি হায়জগে হায়বগীদমক ঐহাক নংবু খিজ্বরকপনি ইমা।

শীতল—খঙই, চম্পানা হায়জবদগীনি।

বনবীর—লৈখিদ্রবী মানা হায়জরম্বসিবু—।

শীতল—অহিংবশিংনা কৈদোঔঙদসু ঙাকপা ঙম্লোই রাঘব! লাম্মীপুম্বা কৈশুমশঙ কন্নবা থাজ্জিল্লু।

( রাঘব খুবম্মগা চংকে হায়না খোঙকাপ খর হাংলকই, তাঙ্গাছুদা বনবীরনা বংকো কৌরকই )

বনবীর—রাঘব! রাঘব!—( রাঘব ঙজিল্লকই )

শীতল—রাঘব! রাণাদি মমাগী য়াথং ঙাকে ঙাক্লোই হায়বগী শক্তি লৈ।

বনবীর—ইমা!

শীতল—নংনা পিনিংবা যাথং পিখিবা যানি বনবীর!

বনবীর—ইমাগী য়াথং ঙাকলুরো রাঘব!

( রাঘব চৎখিবা )

শীতল --অতুদি মরাইবক খিরবী নমা ঐনা পান্নাদগী হেল্লি হায়বসি নহাক খল্লিদনা ইবুঙো।

বনবীর ইমা! সর্দ্দার পুন্নমক মখোইগী মরালগী মতিক চাবা মহৈ অতুম্মক ফংজরসন্নু। অদুবু লাকও ইমা, ঐখোইসু ঐখোইনা তৌফম থোকপা খবক তৌরুরসি। পান্না দেবীবু থাদোক্লুরসি।

শীতল --পান্না দেবী!

বনবীর -দেবী নত্রনে ইমা! মঙোন্দা শিন্নবা চুন্নগী মগৌ অমগী দমক্তা, মপুক্লিংদা করিসু নাচুংবা পোক্তনা মচামকপু বলি কৎথোকপা ভগী মহাকসিবু, ইচম চম্বা তাইবং মী অমনি হায়না কৌফমদি থোক্লেনা ইমা।

শীতল--পান্নানবু অমুক নম্মোকপ্রবদি সিংহাসন অসি নহাক্না অমুক ফংকম লৈত্রে হায়বসিদি নহাক খঙলব্রা?

বনবীর পান্নানা মচাবু বলি কৎলম্লগা উদয়সিংহবু কনখিবা সুমিত্তুমক্তদা ঐহাক ঐগী সিংহাসন মাঙথ্রবনি। ইমা! নংনা হন্না হন্না তাকপিখি—নিংথৌগী খবক্তা ঐ পুক্লিং চংদে, পুকচেল চাওবা শাশিন্নদুনা প্রজাগী মপুক্লিং ফানবা লাক্লদে,—অদুবু নহাক নোংমতসু খন্নদুনা য়েংবিখিদে—, নিংথৌগী শক্তি, নিংথৌগী নাপল, নিংথৌগী তৌবা-ভম্বা-পুম্বা, মতমচুদগী হোনা লৈথা পকহনথ্রে মশাগী ওইজবা থাদোক্লবী পান্না অসিনা। অদুনা ভসি ইমা, ফংফম থোকপা ইকাইখুম্নবা পুম্বা মাঙথ্রিবসিনি—।

( নবকিশ্বর চংলকপা )

নবকিশ্বর প্রভু ! সর্দ্দারশিংনা কৈশুমশঙ নমথায়রুনা পান্নাবু থাদোকখ্রে ।

বনবীব—থাদোকখ্রবা নবকিশ্বর !

নবকিশ্বর—অত্তুদসু নত্তনা মখোই মযাম অমুক কোন্নুং তন্না ফুঙ্গিল্লক্লে

বনবীর—কৈশুমশঙ শৈবগীদমক্তা কোন্নুংনা মঙক হাইগৎনা, আতিয়া পক্লা ডানবা ঙম্বনি নবকিশ্বর ! কৈশুমশঙনবু তেকখ্রবদি কোন্নুংসু উফুল ওনখিবা মহৌশানি

শীতল—মখোইনা কোন্নুংসু লোশিনখ্রগদবা !

বনবীব—লোশিনগদবা নত্তে ইমা, উফুল ওলহন্নবগীদমক্তনি ।

( রাঘব অমুক চংলকপা )

রাঘব—প্রভু, য়েক্লবশিংনা কোন্নুং চংলক্লে ।

শীতল—মখোইবু অসুম্মক থাদোক্লগদ্রা বনবীর !

বনবীর—মখোইদি ঐনা তৌবা য়াথং অমুক ইনগদব লৈত্রে ইমা ।

শীতল—অমুক্লং নথুন্তা খুৎলাই পায়রুনা নহাক নংগী লাংম্যাশিংগী মমাংদা চোংখোক্লনা লেপ্ল. মঙ উবদা কিবনা, লানহৌবিবা কাংবুসি খুলাই ঙম্না থাদোক্লগনি । মমাংঙৈদসু কযাবক হন্না মঙম তৌখ্রবনি

বনবীর - মতমত্তুদদি পান্নানা মখোই ময়াম্বকপু মশাগী ওইজবা থাদোকপগী মম্ভ তম্বিখ্রি অত্তুনা মখোই মতমত্তুদা পাঙদব মীশক হায়বত্তু ওইরম্মি ।

শীতল—অত্তুগা হৌজিক্তি—?

বনবীব—হৌজিক্তি মখোই অকিববু মাইথীবা পিবা ঙমখ্রে

হৌজিক্তি মখোই খঙলে, বনবীরদি থাঙ্গৈশেংবা অথৌবা নত্তে, চুম্নগী হিংচা-য়াইতম্বগী মশক ওইবা শা অমতনি। চৎলো নবকিশ্বর, চৎলো রাঘব, হৌজিক্তগী হৌনা ঐহাক করিগুম্বা য়াথং অমত্তা তৌররোই।

( নবকিশ্বর, রাঘব চৎখিবা )

শীতল—অঙবু মখোইনদি ঐখোইবু হাৎলগনি বনবীর !

বনবীর—অমুক কুইবসি ঐখোইতনা হাৎলক্লি ইমা ! ঙসিদগীদি মখোইনা হাৎপগী থবক হৌরগনি, ঐখোইগীনা লোইরগনি।

শীতল—নহাক করিমত্তা থিংবা তৌররোইদ্রা ?

বনবীর—তৌররোই।

শীতল—অঙ ওইরবদি অঙম্মক লেপ্তুনা নমিৎমক্লা য়েংউ নমানা মথৱাই থাবা।

( য়নাহায়না হালৈ খুনগৎলি, বনবীরনা মখুজেং পায়দুনা থাম্মি )

বনবীর—ইমা ! ইথম্ত্তা শিজ্জবা হায়বসি মহাপাপ্নি।

শীতল—অঙবু মখোইনদি ঐবু হুংশিহৈতবগা লোইননা হাৎলগনি।

বনবীর—মঙগী দমক খোইনা চিংনবিরুগনু ইমা। ঐখোইনা হুংশি-হৈতনা হাৎপা মীহাৎ অঙগুম্বদি মখোই কৈদৌনুংদসু ঙম্মোই।

শীতল---ঐদি কনা অমতবু অমুক্তসু হাৎখিদ্রি।

বনবীর—ঙহাক অসিদা চম্পাগী রাকম ইরাই লাইনা কাওথোকপিগ্রবা !

( য়াম্না নিল-খোংবগা লোইননা সর্দ্দারশিং কাদুদা চংলকই )

সর্দ্দারশিং —কা অসিদা, কা অসিদা।

করমচাঁদ—এঃ মমামচা অনিমক পুন্না থেংনরেদনা!

(বনবীরনা মমাবু তুং ওইনা থৈদোক্লুনা থম্মি)

কর্ণজি—ঐথোই অমুক হন্না নংগী ননাক্তা লাক্লে বনবীর!

বনবীর—মমাংঙৈদা ময়াম্মক লাকখি সিংহাসন অসি ঐঙোন্দা পিননবগী দমক। হন্দক্তা লাক্লিবরা মুল্লগে হায়দুনা?

বীরমল্ল—সিংহাসন নত্তে, নথরাইনি।

বনবীর—থরাই!

বীরমল্ল—উম মানি, হন্দক্তি নথরাইদু লৌরগে লাক্লবনি।

কর্ণজি—নহাকপু দণ্ড পিবা লাক্লিবনি।

করমচাঁদ—নংগী নরাল্দি ঙাকপিফম লৈত্রবা নরালনি।

বনবীর—ঙাকপিনবগী দমক হায়জবা পাম্বা মী নত্তে ঐহাক, মেবারগী সর্দ্দার পুম্বা! ঐহাক ইশানা য়ারি, ঐ ইশামক্তা বিক্রমজিৎপু হাত্তোক্লগা সিংহাসন মুনবনি। অদুগী তুংদা চহি মঙা চুপ্পা ময়ামসিগী স্নুংশিবা ফংত্রবস্নু নোল্লুকপদি ফংলক্লি, থুরুম্বদি ফংলক্লি, ইয়াথং ইনবদি ফংলক্লি। মসি ফংলক্লিবসিগী মরমদি, রাজস্থানসিদা নিংথৌ হাৎপা হায়বসি ইনৌ নৌবা থৌদোক নত্তে। মেবারগী ফথ্রবা মচা কয়া কয়ানা সিংহাসন কাখি হাৎপতনা মিংচৎ তান্দুনা।—(অদুদগী নেমথরক্লুনা) নিংথৌ হাক্লুনা মথোইগী মিংচৎ তানখি। অদুবু কনাগুম্বনা কৈদোম্নুংদস্নু, সিংহাসন্দা ফমদবা, মশা কঞ্জবা ঙমদ্রিবা, পাম্বে লৈত্রবা অঙাং পিশক অমবু, মমাগী মতম্বাক্তগী মুল্লগা, স্নুংশিহৈত্রবা ছুড়িনা মথবাক থুম্না লেংখি

হায়বদি তাত্রি।

কর্ণজি—মতুমক নহাক্তি তৌরে মীহাৎপা!

বনবীর—চুম্মি, মতুমক ঐহাক তৌরে। অতুনা ঐহাক্কসি তুঙ্কচরবা মীহাৎপনি।

বীরমল্ল হৌজিক নহাক দণ্ডি লৌনবা শেম-শারো।

বনবীর—ঐ শেম-শারে সর্দ্দারপুম্বা! অতুবু দণ্ডিতু কনানদি পিগদৌরি ?

করমচাঁদ—দণ্ডি পিগদবদি পান্নাননি।

বনবীর—দেবি পান্না!

ময়াম—দেবি পান্না!

বনবীর—ময়াম্মক্না কাওবিরে, দেবি পান্নানা পিবা দণ্ডিদি মচা হাৎপগী মফমদা, দণ্ডি ওইনা থোক্লরোই আশীর্ব্বাদ ওইনতুম থোক্লগনি।

(জগমলনা পান্নাবু পুতুনা চংলকপা)

জগমল—অসিদা লৈরে নচা হাৎপা মীশক! অতুগা মনাক্তনা লৈরে চম্পাবু হাৎখিবী তমখিরবী শীতলসেনী!

পান্না—নহাক্তি বনবীর!—ঐগী ইচা হাৎপা! অতুগা নহাক্তি শীতলসেনী! চম্পাবু,—ঐগী ইফমদা ইচা হাৎপা বনবীরবু ঙাকপিনবা হায়জরম্বী নৌরিবী চম্পাবু—হাৎপা!

বনবীর—চম্পা! চম্পানা ঐবু ঙাকপিখ্রবা!—বনবীরগী পাপনা পল্লবা পুন্সিদা, চম্পানা ঙাকপিবসিতনা ওইরে থ্বাইদগী হেনবা অইংবা।

কর্ণজি—নহাক মাগী দণ্ডি পিরো পান্না!

পান্না—বনবীর ! নহাক্কা নোংমা ঐগী ইতম্বাক্তগী মুম্নুনা ঐগী ইচাবু হাংখি। মুমিৎ অত্থদদি—নংবু থিংনবা পাক্কল ঐগীসু লৈখিদে, পিল্লিবা অঙাং অত্থগীসু লৈখিদে। ঙসিদি নহাক খুদাই য়াওদ্রে, সর্দ্দারপুম্বগী মথুক্তনা থৌরবা থাংশাং। মখোইনা ঐগী ইতেং ওইবি। মখোইনা পাম্লি, ঐনা নংগী দগুগী রা লাওথোকপা।

( পান্নানা চংশিন্দুনা বনবীরগী খ্বাংদগী চুডি শৎপা )

বনবীব—ঐসু মত্থম্মক পাম্মি।

পান্না—নংসু পাম্বা।

বনবীর—পাম্মি দেবি।

পান্না—নংদি মমা হায়বীত্থ নত্তে, অত্থনা মমাগী মতম্বাক্তগী মচাবু মুল্লগা ইরাই লাইনা হাংপা ঙমখি অত্থবু মমা ওইবীনি ঐহাক্তি মমাগী থম্মোইগী লন ওইজবিবা মচাবু—মমা-মচা খাত্রাংনা পুল্লপ লেপমিম্নবিঙে মতমসিদা কবন্না দণ্ডি শিসিগে থনবদা, রাখলনা লাম্ব ফংনবে

( থাম্বা চুডি লংথোকখিবা )

কর্ণজি—লমচৎ নাইত্রবী মুপীসি—থৌজ্রালবিক্রম শুকথো থোক্তে। নহাক মখোইগী মতিক চাবা দণ্ড পিগ্।

পান্না—দণ্ড! মীহাৎপগী দণ্ডিদি কবিনো চন্দাবৎ সর্দ্দার?

কর্ণজি—মথরাই লোবা।

পান্না—মত্থসু হাৎপা নত্তনা করিস্ত নত্তে।

বীরমল্ল—অত্থবু মত্থ মীওইবগী সমাজদা চৎনবিনি।

পান্না—মত্থনা মীওইবগী করি য়াইফবা ওইরবগে সর্দ্দাব?

হাৎপনা হাৎপবু খিংনবা হোৎনবদগী মীওইবনা হাৎপা হায়বা লমচৎসি, খম্মোই অমদগী খম্মোই অমা লান্না, যুগ অমদগী যুগ অমা লান্না শন্দোরক্লি। অদুনা মেবারদা অতৎ অথম লৈতনা চৎথরক্লিবনি হাৎপগী কুম্মৈ।

কর্ণজি—মেবারদা হন্দক্কী অসিনা নিংথৌ হাৎপগী অরোইবনি।

পান্না—হাৎপবু অচুম্বা লম্বীনি খল্লিবা মকমদুদা হাৎপগী অরোই অথম অমুক লৈবা হৌরদে। ময়াম্বা অহল রাণা সঙ্গবু পৃথ্বিরাজনা হাৎকে হোৎনরুই, হুগী ময়াইদা শিখি পৃথ্বিরাজ; পৃথ্বিরাজগী মচা বনবীরনা হাৎলে বিক্রমজিৎপু, ঙসি বনবীরবু ময়াম্মক্না পান্নে হাত্তোকপা। অদুবু ঐ খাঙ্গেশেংনা খঙই, বনবীরগী চাক্লবা আত্মানা লম্মন থুম্নবগী দমক অনৌবা তুংফম অমা শোয়দনা থিগনি। অমুক হন্না কনাগুম্বা মীশক অমনা হাৎপগী থবক হৌরগনি মেবারসিদা; মতুদগী অমুক মতুং শমথগনি হাৎপগী কুম্মৈ। তাকপিয়ু, কদাইদনো মসিনা লোইরগদবা সর্দ্দারপুম্বা।

করমচাঁদ—অদুদি মীহাৎপনা মাগী ফংফম থোকপা দগি থক ফংলরোইদ্রা?

পান্না—হাৎপা হায়বসিনা শাথীরবা মরাল লঙজবগুম, মতুগী শাস্তি মথল্লাই লোবা হায়বসিস্তু তমথিরবা শাক্ৎনি। তমথিরবা অসিনা হাৎপগী লমচৎপু মরু কংনা মাঙহনবদি ঙমদে। চৈনাখোল পিতুনা শাওগৎহনবদগী অমুক্কা হেন্না মঙক হাইগৎহল্লি।

কর্ণজি—অসিগুম্বা রাদি ঐখোই কৈদৌনুংদস্থ তাখিজি।

পান্না—তাখিত্রি, মতুগী মরমদি, কনাগুম্বী মমা ওইবী অমবু কৈদৌঙুংদা হাৎনবগী দগি পিয়ু হায়না ময়াম্না তাকপিখিত্রি। দগি পিবগী ঙুংশি হৈত্তবসি মমা নত্তনা কনাগীসু থম্মোইদা থক পান্দে। দগিনা নত্তে ঙুংশিবননি। মেবারগী সর্দ্দার পুন্নমক! খঙবিয়ু, ঙুংশিবনা ওমতুনা মমা ওইবীশিংনা ঈ মতুঙ্গু মী ওইহল্লক্লিবনি, দগিনদি থক ওইরোই।

বনবীর— দেবি, নহাক সর্দ্দারশিংনা পাম্লিবা দগি পিনবিত্রনা বনবীরবু শাপ্তগী কোকহনবিয়ু।

( অরাপ্পদা পুং-শেল য়েবগী মখোল তারকই )

পান্না—অসে—লাক্লে অসে ঐগী উদয়!—

বনবীর! বনবীর! নহাক থাঙ্গৈশেংনমক শাপ্তগী কোকপা পান্নবদি অসুম্বা তাঙ্গা চাবসি থক নাম্থোকহনগনু।

বনবীর—মেবারগী সর্দ্দারপুম্বা! নখোইগী রাণাগী মঙ্গল ওইনবা লাওবিয়ু খোঞ্জেল রাংনা—"জয় রাণা উদয়সিংহগী জয়।"

ময়াম—জয় রাণা উদয়সিংহগী জয়।

( বনবীর থরা চৎথোরক্লগা উদয়সিংহনা লাক্লিবা মাইকৈদা য়েংলদুনা হায়রকই......... )

বনবীর—শিশোদীয় শাগৈগী মৈতাল অরাবা রাণা উদয়সিংহ! নংবু হুন্দোক্কুনা, ঐনা অরানবনা লমজিং ওইখিত্রনা লৌরুরবা মেবারগী সিংহাসন অসি, ঙসি নঙোন্দা অমুক শিন্নতুনা ঐহাক ঐনা তৌবা পাপকী প্রায়শ্চিত তৌজরগে। নহাক সিংহাসন্দা ডাম্থোইররো।

( হায়না হায়না চেষ্টোক্কুনা উদয়সিংহবু কোল্লগা, তরাম্ব তরাম সিংহাসন তান্না পুরক্কুনা ফমহল্লে, অতুগা খুরুম্নগা লাওরকই...... )

জয় রাণা উদয়সিংহগী জয় !

ময়াম —জয় রাণা উদয়সিংহগী জয় !

( উদয়সিংহনা সিংহাসন্দগী হৌগৎলগা )

উদয়—( পান্নাদা ) ইমা ! করিগী নাচবু অত্থক থাপ্না থম্বিরি ! নচাগী নাক্তা চংশিনবিরকউ ।

পান্না—রাণা উদয়সিংহ !

উদয়—ইমা ! অতৈ পুন্নমক্না ঐবু রাণা হায়না কৌরবসু, নংদি ইমা,—"ইমাগী উদয়" হায়বা থুম্নবা মিঙ্গৌভু খক থাদোকপিগন্নু । মতু থাদোকপিগদবা লৈরবদি, ঐ রাণা ওইবসি খক পামজদে ।

পান্না—উদয় ! ইমাগী উদয় ! ( হোৎচিন্দুনা কোনবা )

উদয়—ইমা !

ময়াম—জয় রাণা উদয়সিংহগী জয় ! জয় ধাত্রী পান্নাগী জয় !

পান্না—নত্তে নত্তে, সর্দ্দার পুন্নমক ! ঐগী ইচা উদয়গী মঙ্গল ওইনবতা লাওবিয়ু, ঐগী মিংদা কৈদৌনুংদা জয় লাওবিগনু । ঐদি মমা ওইবীগী মথৌ পাঙথোকচবতনি । ময়াম্না থাগৎপা য়াবা থবক্তি কৈদৌনুংদসু পাঙথোকচদ্রি ।

উদয়—ইমা ! নংনা নচাবু নুংশিবিবসিদি জগত্তা পান্দমনিঙাই লৈতে ।

পান্না—মমা ওইবীগী থম্মোইদি অসিনি ইবুঙো! অত্থুবু ইমাগী ইবুঙো! ইমাবু—নহাক বিদায় পিৰা তাই।

উদয়—নংবু ঐনা বিদায় পিবা! করি রানো ইমা!

পান্না—পিবা তাই ইবুঙো! ঐগী ইথৌ অমা—হৌজিক ফাওবা পাঙথোক্কনা লৈরি। নহাক নিংশিংলমগনি, অঙাং অমনস্থু ঐবু ইমা হায়না কৌই। মহাক্কু হৌজিক—থাপ্পা, য়াম্না থাপ্পা, মিৎকি পি থরিক খয়দং ঙাইরম্মুনা রানা ওন-থোইনা লৈরি। অস্থুক কুইবসি ঐহাক কপ্পবা তাঞ্জা অমুক্তা ফংলক্ত্রি, অত্থুনা মিৎকী পিনা মাগী তর্পণ তৌবা ঙমদ্রি। মাগী আত্মাত্থু ঙসি ফাওবা শেন্দনা লৈরি। হৌজিক্তি মাবু পেলহনবদা তারি।

উদয়—ইমা! ঐগী থরাই ওইরবা কনকপু ঐহাক মপোকসিমগী থক কাওবা ঙমদোৰা লৈতে। ঙসি ময়াম্না কৌনরিবা রাণা মিঙ্গৌ, ময়াম্না পিনরিবা রাণাগী সিংহাসন, ঐঙোন্দা নত্তে, ঐগী কনকতনি। ঐহাক মাবু থম্মোইদা চেৎনা কোল্লগা মহুৎশিনবা ওইনা সিংহাসন্দা ফম্লিবনি। কনক কায়নবগী কায়রবা থম্মোইসিদা, নংনা ইমা, ঐবু অমুক্তা হন্দোকপিবা তারবদি,—ঐহাক পামজদ্রে চিতোর, ঐহাক পমজদ্রে রাণাগী সিংহাসন।

পান্না—নত্তে ইবুঙো, নংনা ঙসি ফম্লিবা সিংহাসন অসি ভগবান একলিঙ্গনা নঙোন্দা শিন্নরক্লবনি লৈপাক প্রজাগী শান্তি থম্নবা। নহাক্কা পাম্বৈ ফংদ্রিঙৈ মতমত্থুদদি ঐহাক নংবু থাদোক্কুনা চৎপা ঙম্লমদে। ঙসিদি সর্দার ময়াম্বকনা নংগী

পাঁন্নে ওইরে। হোঙ্গিক নংগী দমক ঐ করিমতা কিক্কম লৈত্রে, থল্লুক্কম লৈত্রে। নমা ঐবু নংনা হুংশিবগী খুদম ওইনা, ঐনা হায়বসি ঙাকউ, নহাক সিংহাসন্দা লেঙদনা ফম্মু ইমাগী ইবুঙো!

( ফমথহনবা অহুগা তুং হল্লক হল্লক্লা......... )

চৎলমদাইগী মতমসিদা নংগী রাণা ওইবগী শক্তমহু মিৎসি পেন্না অমুক্তা য়েংখিগে।

উদয়—ইমা!

কর্ণজি—কদাইদা চৎকদৌরিবনো নংবু পান্না?

পান্না—খঙদবা লমদা, খঙদব লম্বীদা। অহুবু ঐ শোয়দনদি চৎপা তাই—বনবীর!

বনবীর—দেবী!

পান্না—পোৎলুম থাংথখিবদগী য়াম্না চোকথত্রে ইশাসি বনবীর! ইশা ইথন্তনা পোৎলুম ওইরক্লে।

বনবীর— মহু পু-নবা নয়াথং ঐঙোন্দা পিবিবা য়াব্রা দেবী?

( মথুৎ তিংথোক্কুনা থুক্ক খুদক কুনবা )

পান্না—( বনবীরগী মরেংবান পায়হুনা ) হিংসাবু জয় তৌরবনি নংদি। নংবু অমুক হিংসাগী মরক্তা থনমহুনা চৎনিংত্রে।

শীতল—বনবীর! বনবীর!—

বনবীর—দেবি! ঐগী ইমা অসিদি?

পান্না—নংগী নপাম্বোম অমহুসু শোনবা নত্তে বনবীর।

বনবীর—ইমা! ( মপাম্বোম নাম তিংথোক্কুনা মমাবু কোল্লি )

পান্না—মেবারগী সর্দ্দারপুম্বা! ময়াম্বক্লা থরাই য়াওনা হোৎনবিহুনা

অনৌবা য়াণাগী মপুং ফাবা অভিষেক পাঙথোক্লবা থৌরাং তৌবিয়ু।

( হায়না হায়না পান্না, বনবীর, শীতলসেনী তপ্পা তপ্পা থোকখি, উদয়সিংহনা সিংহাসন্দগী কুমথরক্তুনা মতুং ইন্নরকই, অহুদগী— )

উদয়—ইমা! ইমা! শুংশিবী ইমা! নচাবু থাদোক্তুনা নংনা চৎলিবসি কদাইদনো ইমা!

ময়াম—পান্না! পান্না!—




